# শ্রীশ্রীগৌরগুণামৃত

---



অবতীর্ণৌ স্বকারুণ্যৌ পরিচ্ছিন্নৌ সদীশ্বরৌ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনিত্যানন্দৌ দ্বৌ ভ্রাতরৌ ভজে ॥

# শ্রীশ্রীগৌরঙ্গামৃত

ডাঃ ইবোবী সিংহ

শগোলবন্দ, মোইবাংময়ুম লৈবক

ইম্ফাল ১৯৮৮

# উৎসর্গ

কলি মতম অসিদি, হরিনামন মকনি।
পাপী তাপী লানবিরিব, হরিনামতননি ।।
সাধু বৈষ্ণবশিংদগী, পদধুলি নিজরি।
যতন তৌন কোকথক্ত, হাপচগে নিঙজরি ।।
পঙলব তোল্লব, শাগুম্লব, মপোকনি।
ভজন সাধন, খঙজদব ঐহাকনি ।।
শ্রীগৌরগুণামৃত, শ্রীগৌরাঙ্গগী গুণ তাক্তনি।
শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দ কংচরি ভক্তিগ লোয়নন ।।

দীনতম
লেখক

শ্রী ...................................................................................................

লৈফম

# হিরম লামায়



— — —

# বারোন অমতং

পঞ্চ তত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপ স্বরূপকম্ ।
ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্তশক্তিকম্ ॥

চৈঃচঃ আদি ।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য ইবুঙোন মহাকী ভক্তরূপ, শ্রীমদনিত্যানন্দন ইবুঙোগী স্বরূপ শ্রীমদ অদ্বৈতপ্রভুস ইবুঙোগী ভক্তাবতার শ্রীবাস পণ্ডিতন ইবুঙোগী ভক্ত মিংথোল অনস্থং শ্রীগদাধর পণ্ডিতন ইবুঙোগী ভক্তশক্তি অদুম ওইব পঞ্চতত্ত্ব চেনবিথোইব শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী চরণ থম্বাল অনিগকপ্ন চেৎন কোঞ্জরগ হম্ম হম্ম ভক্তি কংচরি ।

কলিযুগ হৌগৎলকপগী অদুরাইদ বৌদ্ধ, জৈনধর্ম্ম, যবন, পাষণ্ডী, তান্ত্রিক্‌নচিংবন চয়েৎনখিবন বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি পূমলুপ ওয়ন লুপখিবগুম তৌরম্মী । মতম অদুদ শ্রীমদ অদ্বৈত প্রভুন গোতমীয় তন্ত্রগী নারদ ঋনষিগী বচন শ্লোক অসিবু মূম্ন খন্তবিরগ গঙ্গাজল তুলসী মঞ্জরীন শ্রদ্ধাভক্তিতন কংচদুন যগৎস্বামী ইবুঙোবু গোলোক্তগী মংধাম অসিদ কৌথবিখি ঃ—

তুলসী দল মাত্রেন জলস্য চুলুকেনবা ।
বিক্রিনিতে স্মাত্মানং ভক্তেভ্যো ভক্তবৎসল ॥

চৈঃচঃ আদ

অচানব মনাইন শ্রদ্ধা ভক্তিতন একান্তিক ওয়ন কৌবিরকপ অসিদ গোলোকত ইবুঙোন খাওদুন লৈব য়াদ্রদুন মূম্ন বাখল তৌবিরগ মনাইগী লমন শিংবিগে অদুগ কলিগী বারিব

জী-শিংবুসু উদ্ধার তৌখিগে খল্লহুন পূর্ণতম ভগবান মীওইবগী রূপ লৌখিহুন শ্রীধাম নবদ্বীপ্ত শ্রীশচী দেবীগী গর্ভদ অবতার তৌখিরে।

ইবুঙোন অবতার তৌখিরগ কলিগী জীব পানবশিংবু সংসারগী তাপ্তগী লানবিনবগীদমক মহা হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌব হৌখিরকখি। মীপুম খুদিঙদ হরিনাম শোন্নু, হরিনা-তন সংসারগী তাপতগী লান্থোকপ ঙমগদবনি হায়ন কলিগী মীপুম খুদিঙদ হরিনাম তরাতকপ ময়েক্ল কুম্ভানিথোই অসিবু তত্তন শোন্নব তাকপিখি।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরণ্যথা ॥

হরিনাম ঃ- হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম, রাম রাম হরে হরে ॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য বাক্যম্

মনাই ভক্তশিংবু ইমা, ইপা হায়বসি মিৎন উব লাইমক্লি হায়ন মশক খঙন মথোয়গী সেবা তৌজগদবনি; অচৎ-চত্ত হায়হুন লৈখিব জীব খিবিক অসিবু চপমান্নন থনগদবনি, মথোয়বু সুংশিখিগদবনি, নাপীদগী হেন্ন নেমগদবনি, উদগী হেন্ন অথাঙ কনগদবনি, নাপন তৌরোইদবনি, অতোপ্প মীবু সন্মান

তৌগদবনি, মতম খুদিঙমক্ত হরিনাম শোনগদবনি, ময়াম তিন্নরগ হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌগদবনি।

তৃনাদপি সুনীচেন, তরোরপি সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন, কীর্ত্তনীয় সদা হরিঃ॥ উপদেশামৃত

মনাই ভক্তশিংবু মতম খুদিঙমক্ত ভক্তি, প্রেম হায়বদু অসিনি হায়না খুদম পীহুম তাকপীরম্মী; শ্রদ্ধা ভক্তিক্তন ভগবানগী মুর্ত্তি সেবা তৌজগদবনি, মাহাক মূর্ত্তিগ মথা অমতনি, ক.রমত থেম্নদবনি, সেবা অপরাধ, নাম অপরাধ, বৈষ্ণব নিন্দা কদৌঙৈদসু তৌরোইদবনি, অসিনচিংব পাউতাক ময়াম পীবিরম্মী; মরম অদুদগী ময়াম ইবুঙোবু "দয়ার সাগর" "প্রেমের ঠাকুর" হায়না কৌবিখি।

মতৌ অদুম্ম ইবুঙোগী লীলা, গুণ ময়াম অসি খঙনিঙবদগী কয় থিজরুবদ লাইরিক মচ অসিম ওইনা থোকখিবনি। মরু ওইনদি লাইরিক মচা অসিদ ইবুঙোগী শ্রীহস্তন নিরূপণ তৌবিরগ মনাই ভক্তশিংগী মফমদ সেবা চৎহনখিবগী মারিশিং অদুগ ইবুঙোগী অচানব মনাই খরগী মারী ভাক্তনি মরম অদুন লাইরিক মচা অসিবু "শ্রীশ্রীগৌরগুণামৃত হায়না থোঞ্জবনি।

ঐদি অপঙবনি শাস্ত্রসু হৈতব, ভজন সাধনসু খঙজদব ভক্তি জ্ঞানসুমচেং অমত মাওজদব শাগুম তোঙব মপোক্নি, ঐগুম্বন অপার সমক্র ওয়প্রব ইবুঙোগী গুনামৃতবু ইজবগী ইতিক লৈজদে,

অহুরদি ওইরবদ, ইবুঙোবু লুংশিজক্রবদগী আদি গুরু ভক্ত গোস্বামীশিংনে কনখৎপিরম্ব ভক্তি গ্রন্থ ময়াবদগী শারাংশ খর খর খঙংচবগ অমম্বদ মাহুন মাহুন পোং থিবগুম্ন শিজ্ররকপবি, মসিদ অরানবন কোজায় অশোয়বন চবুপ চবুপ থেংনবিগনি. অহুবু বৈষ্ণবশিংন শ্রীগৌরাঙ্গগী গুণামৃতনি হায়ন খম্ববিমগ পূম্নমক অহুবু ভাকপিগনি হায়ন নিঙৈ, অশোয় অরান অপুন্ন ভাকপিরকনি হায়ন আশা তৌজরি। ইতি—

দীনতম
লেখক

# গৌরগুণামৃত

## শ্রী কৃষ্ণচৈতন্য প্রভুন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব
## গৌরমূর্তিশিংগী বারী

তথাহি চৈতন্য রত্নাবলি :—

শ্রীজগন্নাথ মিশ্র শ্রীহট্টকী দক্ষিণ চাকাদ লৈব বৈদিক ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমনি। মহাক্না নবদ্বীপ্ত লাক্লগ শাস্ত্র অধ্যয়ন তৌহুন ওবা ওইহন লৈরম্মী। অধ্যাপক নীলাম্বর চক্রবর্ত্তিন মিশ্রগী মিস্যা অমস্থং মগুণ পূম্নমকপূ থওলহন মচামুপী অহল শচীদেবীবু লুহোংহন পীখি। লুহোংলেব মতুংদ নবদ্বীপ্ত লৈহন শচীদেবী মচাম্নুপী নিপাল পোক্ল-শির, পোক্ল-শির তৌহুন লোইন শিগ্রব মতুংদ মাপলংম্নকপদ মচানিপা অম পোকখি। মাগী মমিং বিশ্বরূপ হায়ন থোনখি। বিশ্বরূপন চহি নিপান শুমকপ মতমদ মিশ্র, শচীদেবী অমস্থং বিশ্বরূপক লোয়নন শ্রীহট্টত চংখিরম্মী, মফম্ জহুদ মতম থম্ন লৈরম্মী।

থম্ন লৈমব মতুংদ শকাব্দ ১৪০৬ কী মাঘ থাদ শচীদেবী অমুকহন্ন গর্ভধারণ তৌরম্মী। মতম অহুদ মিশ্রগী মমা শোভা দেবীগী মমওদ কনাগুম্ব মহাপুরুষ অমন হায়রম্মী, নওগী নমৈামুপী শচীদেবীগী গর্ভদ পূর্ণব্রহ্ম ভগবান্ন মীওইবগী রূপ লৌমগ অবতার

তৌরগনি ; নত্তন শচীদেবীবু য়াম্ব থুন নবদ্বীপ্ত পাম্লো হায়রম্মী। অদুগী মতুংইদ্র শোভাদেবীন মচানিপা মিশ্রবু নবদ্বীপ্ত চংনব হায়খি অদুগ মখোয়গী মকখদ হায়খি, মতমগী হন্নকী অতাং আমন পোক্লব মতুংদ ঐবু অতাং অদু পোয়দন উহনগদবনি হায়না মখোয়গী মথুং পায়রগ, ঐন হায়খিব বা অসি পোয়ব য়াদে হায়না তাক-পিরগ থুন নবদ্বীপ্ত চংনবগী য়াথং পীখিবি।

শকাব্দ ১৪০৭ কী ফাল্গুনী পূর্ণিমা সুমিত্ত শচীদেবীগী গর্ভদগী নদীয়াচাঁন্দ উদয় ওয়রকখি। মথং মথং চাওখৎলুনা চহি মতাং চান দশবিধ সংস্কার পাঙথোকখি। চহি হুমরনিগী মতৈ মাথ থাদ শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরগ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়না কৌহুনা নীলাচলদ লৈখিরম্মী। সন্ন্যাস তৌরব মতুং চহি মতারোম লৈরগ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা জন্মভূমি দর্শনগীদমক মনাইশিং থরগ লোয়নন নবদ্বীপ্ত লাকখিরম্মী। মকখ থুদিঙদ ভক্ত ময়াম্বগ, লোয়নন হরিসঙ্কীর্ত্তন তৌদুনা জীবশিংবু উদ্ধার তৌখিরম্মী। মমৈদ রামকেলীদ লাক্লগ শ্রীরূপ সনাতন মচিন মনাও অনিবু কৃপা পীখিরম্মী।

মথংদ গড়ের হাট লোমদ লাক্লগ পদ্মা তুরেল মপাল খেতরীদ হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌদুনা মকখ অদুগী জীবশিংবু উদ্ধার তৌখিরম্লগ নরোত্তমবু কৌথোকপিরম্মী অমসুং পদ্মাবতি তুরেলগী মকমদ শ্রীকৃষ্ণপ্রেম শিন্নখিরম্লগ কুলিয়া গ্রাম তাম লেঙখি। কুলিয়াগ্রামদ থুংলগ ভক্ত ময়ামগ লোয়নন হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন

তৌহুন মকম অহুগী জীবশিংবু উদ্ধার তৌবিরম্মী। পাও অসি তাবদ নবদ্বীপবাসী খুদিঙমক্ক ইবুঙোবু দর্শন তৌনিঙবগীদমক লবী চিক্ক চায়রব ভমখিদে, উপাম্বী, চেকপল, ঙমেক থাক্তন কাখত্নে ইবুঙোবু দর্শন তৌজখি। শচীমাতান পাও অসি তাবমক্তদ মচাবু উনিঙবন মমৌচুপী বিষ্ণুপ্রিয়াগ লোয়নন মচা ইবুঙোবু উত্তনবগীদমক চৎলমই। তাইত্তবসুং মীয়াম অহুগী মকোক ময়ামগী মরক্তগী হি মথক্ত ইবুঙোগী অজানু লম্বিত ওইবক শ্রীভুজ অনিন বাংনে থাজংহুন পৃথিবীগী শোনবঅহু লাপ্ত উব ঙমজখি। পাজল মাংত্রবী শচী মাতা অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়ান ইবুঙো দর্শন তৌজবদ তারকপ মিৎকী পতন থবাক পুমচোং চোংলম্মী। বিষ্ণুপ্রিয়া প্রেম ঙাওখিবন মশা থক থক নিকখিবদবগী চুম্প লেপ্প ঙমলমদে, শচীমাতান মমৌ বেম্মবু মথবাক্ত কোনশিনখিরম্মী।

মুমিং মম্মি মঙানিরোম নৈবগ কুলিয়াগ্রাম থাদোক্তুন শান্তি-পুররোমদ পাংকখি। অহানবদ জম্মভুমি দর্শনগীদমক গঙ্গা লাম্থোক্লগ নবদ্বীপ্ত থুংখি। ইবুঙোগী জম্মভূমি দর্শনগী উদ্দেশ্যদি মমাগী বাংহোব দমন শিংবিগে, নদীয়াবাসী খুদিঙদগী অরোইব ওইন খিদাম দৌবিগে অমসুং মনাই বিষ্ণুপ্রিয়াবু অরোইব ওয়ন দর্শন পীবিগে মনুন লেঙলকপনি।

ইবুঙোন অহানবদ মনাই শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারীগী ময়ুমদ বিখি। মকম অহুদগী ইবুঙোন থৌরম অম তৌংলহুন ভক্ত মামগ লোয়নন খঙ্গায়রোমদ লেঙলকখি। বিষ্ণুপ্রিয়া মোংত্রব

শেগায়রবা মী অমন মশা অপূর্ব রূপশিল্লগ শচীমাতাগ লোয়নন খোজান্দ ইবুঙোবু ভাইহুন লৈজখি। শচীমাতা মচাবু লাওক্ত হেক উবকপদ বাৎসল্য প্রেম শুবহৎখিহুন লৈবাক্ত ওনখোইন কপখি। বিষ্ণুপ্রিয়া মবুঙোবু লাওক্ত দর্শন হেক কংজবদ প্রেম ভাওখিহুন লৈপাক্ত হাইথহুন ভুখি। শচীমাতান মখোইগী মতৌদু হেক উবদ চেনশিন্নুন কোনথংপিরগ নিঙথিন ফবহনখি।

প্রভুন জন্মস্থান তম অস্তুম লেঙলকপ উবদ বিষ্ণুপ্রিয়া খোজান্দগী চেহ্নোরক্তগ লম্বী মথাইদ মোংবাব শেগায়রবা মী অমন মশাপুন্ন রূপশিল্লগ ইবুঙোগী মাঙদ থুকউ থুদক কুমগ মথুং অনি লোম্নমগ অস্তুম হায়জখি—"অস্তুক যাম সংসারগী জীবশিংবুদি উদ্ধার তৌখিরম্লগ ননাইবুদি উদ্ধার তৌবিরম্নরোইদ্রনে ইবুঙো। মনাইগী হায়জবহু ভারগ ইবুঙোন মনাইগী পুক্নিং থওলহুন তোং-বিরক্রিব খোরম অনি অহুপ চরণ ধুলিগা থম্বিরম্নগ লেঙব হৌখি।

বিষ্ণুপ্রিয়া মথুং অনিমক্ত থম্বিরম্নিব চরণধুলি অহু ফীগাওব খোমজিল্লবে; খোরম অনি অহুবু চেৎন কোজবদ মবুঙোগী অঙ্গ-গন্ধ ফাওবকপদগী জ্ঞান মাঙহুন লৈমায়দ হায়থহুন তাখি। ইবুঙোদি মনাইগী অবস্থা অহুবু হুম য়েংবিরমদন শচীমাতাগ লোয়নন অদ্বৈত মন্দির তাম লেঙখি। ঙাইহাক লৈরগ জ্ঞান লাকতুন চরণধুলি অমহুং খোরম অনি অহুবু মথবাক্ত চেৎন কোজরগ শজায় তাম লেঙশিল্লগ ফাল অমদ খোরম অহুবু থমজরগ মবুঙোমক্তি থন্দুন সেবা তৌজব হৌখি।

তথাহি বিষ্ণুপ্রিয়া চরিত :—

বিষ্ণুপ্রিয়া অমসুং বংশীবদন অনিমক্না মবুঙোবু খাযনবগী মৈচাক্না দিবানিশিদ ওনথোইনা লেঙথি। মনাইগী অরাবহ্ উবিহূন নোংমগী অহিং অমদ বিষ্ণুপ্রিয়া অমসুং বংশীবদনগী মম্ ্দ চপমান্নন ইবুঙোগী পোক্নকম নিমপাস্বী অহুদগী স্বয়ং প্রকাশ তৌবিরগ তাকপিরম্মী। বংশী, প্রিয়ে! করিগীদমক্তা কপতুন লেল্লিবনো? ঐহাক্তি কলিগী জীব অপুন্নবু লানবিনবগীদমক সন্ন্যাস ধর্ম্মদ চংলগ নখোয় মযাম্নু থাদোক্লমগ লাপ্ন লৈক্লে হায়রবতনি। নবদ্বীপ হায়রব ধাম অসিদি ঐগী পোক্নকমনি, মকম অসিদ ঐহাক্তি লেঙদন অস্নুম লৈরিবনি। য়েংউ, নিম পান্বী অসি ঐগী স্বরূপনি; ঐন অঙাং ওইরিঙৈদ ইবান মথোঙ অসিদ কমলগ তত্তন অমৃত পীথকথিব মকমনি, মকম অসিদি ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী শান্নকমনি, নখোয়ন নিম পাবী অসিন প্রতিমা অম নিরূপণ তৌরগ সেবা তৌজরো। পৃথিবিগী মী থুদিঙমকন বিগ্রহ অহুবু ঐহাকমকনি হায়না থজনরগনি, ঐস্নু বিগ্রহ অহুদ নঙগী ননাক্তা লেঙদন লৈরগনি অহুন নখোয়গী নিঙজন্নিব অপুন্ন থুংলগনি। প্রিয়ে। নঙদি মতম অপুন্নদ হরিনাম জপ কীর্ত্তণ তৌরগ লেল্লু হায়না তাকপিরমলগ নিম পান্বী অহুদ অমুকহন্ন ইবুঙো লেঙশিনখিগ্রে।

বিষ্ণুপ্রিয়া অমসুং বংশীবদন মিকপ থংথোক থোক্নুন মবুঙোগী প্রেম ভাওরহূন মপান্দ চেম্হোকনরকখি। বংশী অমসুং

ইবেম্ম অনিমক্তন মপান্দ প্রেম তৌরহুন অহিংছ মপান্দা লেনখিরম্মী। ইবুঙোন বংশীবদন দাসকী মকমদ মতৌ অসুম্ম তাকপিরম্মী :—

মোর এই আদেশ শুন শ্রীবংশীবদন।
যে নিম্ববৃক্ষতলে মাতা দিল মোরে স্তন॥
সেইনিম্ববৃক্ষে মোর মূর্তি নির্ম্মাইয়া।
মোর বিষ্ণুপ্রিয়াকে দিবে হর্ষ হইয়া॥

"তাও, হেঃ বংশী নিং পাম্বী অসিগী মখোঙদ ঐন অঙাং ওইঙ্গিদৈদ ইমান তত্তন অমৃত পীথকখি। নিম পাম্বী অসিন ঐগী মূর্ত্তি অম শাহল্লগ ঐগী বিষ্ণুপ্রিয়াগী মকথদ নিঙথিন শিন্নবিয়ু।"

ইবুঙোগী য়াথং মতুংইন্ন কাওরব ভাস্কর নবীনানন্দ আচার্য্যবু নিম পাম্বী অমুন ইবুঙোগী মূর্ত্তি অম নিরূপণ তৌহল্লে। মমিং তরামতানিগী মতুংদ মূর্ত্তি নিরূপণ তৌব লোয়রহুন নিঙথিন ফিজেং লৈতেং তৌরগ অকথ মমিং অম য়েংলগ মহা হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন উৎসব তৌরহুন গৌড়মণ্ডলগী ভক্ত বৈষ্ণব খুদিঙমকপু নিমন্ত্রন তৌরগ ইবুঙোগী মূর্ত্তি অভিষেক তৌজখি। মূর্ত্তি অমুবু উজরগ বংশীবদন অমমুং বিষ্ণুপ্রিয়া অনিমকী মুঙাইবগী ওমথৈ লৈজখিদে।

ইবুঙোগী মাথং মতুংইন্না বংশীবদন দাসন ইবেম্মগী মফমদ মূর্ত্তি অমুবু শিন্নজখি। বংশী অমসুং ইবেম্ম অনিমক্তন নিতি নিতিগী কায়দন ইবুঙোগী মফমদ তুলসী পত্র, লৈ, লুকনচিংখ কংচত্নন মতম খর সেবা তৌজরগ, ইবেম্মন মৌপ্বা যাদব আচার্য্যগী মফমদ ইবুঙোগী সেবাগী তার অপুম্ব শিন্নবিরগ মতম অপুম্বদ হরিনাম জপ কীর্ত্তন তৌত্নন মতম লেজখি। মতম শাংন সেবা তৌজরব মতুংদ নোংমে গৌড়পূর্ণিমা মুমিত্ত নবদ্বীপকী বৈষ্ণব ভক্ত ময়াম কৌরগ হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌহনখি।

সন্ধ্যা মতমদ ইবেম্মন মন্দির মমুংদ লেংশিল্লগ ইবুংঙোবু দর্শন চঙজখি; থুদক অহুমক্তদ মন্দিরগী থোঙ অহু মথন্ত লোনশিনখি- রম্মী। থুদক অহুমক্তদ ইবেম্মগী অঙ্গ অহু ইবুঙোগী বিগ্রহদ শীন ওইখিরম্মী। ময়াম থোং হাংদোকত্নন য়েংলুবদ মফম অহুম ইবেম্মবু অমুক হন্ন উব ফংখিদ্রে। অহুগুম্ব বিগ্রহ অহুমু নবদ্বীপচন্দ্র হায়ন খোনখি। হৌজিক ফাওবদ বিষ্ণুপ্রিয়া পরিবারন ইবুঙোগী সেবা পুত্নন লৈরি।

তথাহি চৈতন্য রত্নাবলি :—

শচীমাতান শান্তিপুরদ লৈত্নন মচান পামজব মনামাশংগা মথেল কয়া হৌরগ মচাবু হামগুম পীজখি। মতম অহুদ শচীদেবী মমাচৈগী বা নিঙখিংলত্নন মচাগী মফমদ অস্তুম হায়খি :—

তব পিতামহী কাছে, এরূপ প্রতিজ্ঞা আছে,
তোমাকে পাঠাইতে তাঁর ঠাঁই ॥
তথা যাইয়া একবার, বাঞ্ছাপূর্ণকর তাঁর
তব কাছে এই ভিক্ষা চাই ॥

চৈতন্যবিলাস।

মমাঙৈদ নঙ্ পোক্লপ নবোক্নী মকমদ শোয়দন থারকনি হায়রন ঐন হায়খিরম্মী। মরম অদুন নঙ্ব নবোক্নী মমুমদ চৎলগ নবোক্নী নিঙবহু অমুক্ত থুংহন্নু! ইমান নঙ্গী নকমদ "নিরিব" "হায়রিব অসিতদি পাঙথোকলম্মু ইবুঙো"।

মমা নিঙব ইবুঙোন মমাগী য়াথং ঙাক্লবগীদমক শান্তিপুরদগী মাগী মাম বিষ্ণুদাসক লোয়নন শ্রীহট্ট লোএদ লেঙখিরম্মী। অহানবদ মুখতোক্না কৌব থুলদ ব্রাহ্মণ ভক্ত অমগী ময়ুমদ ইবুঙোন ভিক্ষা লৌরম্মী। ভোজন লোয়রগ মাগী মাম বিষ্ণুদাসন মুখশুদ্ধিগীদমক ঙরাংগী থাকহৌব হরিতকী (মনাহী) মচেং অম ইবুঙোদ পীরম্মী ইবুঙোন হরিতকী অদু লৌরগ মাগী মামগী মকমদ য়েংলগ ভাকপিখি— মাম! মামদি হৌজিক ফাওব গৃহস্থগী পৈশিন্দুন থম্বগী ভাব অসি থাদোকত্রি। মরম অদুন মামগ ঐগ তিমব মাত্রে, মাম মকম অসিদ গৃহস্থ তৌদুন লৈবিহৌরো। ইবুঙোগী য়াথং ভাবপ বিষ্ণুদাসন খুমজখি, ঐন শোয়হুন তৌরুরে মতুংদ অমুক তৌজররোই অমুক্তদি ভাকপীয়ু হায়জখি। অদুব ইবুঙোদি স্বতন্ত্র ঈশ্বরনিনা মাগী মামগী বাহু ভাবিখিদে।

বিষ্ণুদাস মকম অহুদ লৈহুন গৃহস্থ ধর্ম্ম লৌরগ সংসারিক বিষয়দ চঙহুন লৈখি। অদুম ওইনমক ইবুঙোগী কৃপান অখোইব কৃষ্ণভক্ত অম ওরহুন মকম অহুদ বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি প্রচার তৌহুন লৈখি। মকম অহুদ লৈরিবশিংবু বিষ্ণুপ্রিয়া পরিবার হায়রন খঙনরি। মকম অহুগী মীশিংন বিজয়া দশমী নুমিত্ত বিষ্ণুপ্রিয়া পুজা তৌবসি হৌজিক ফাওব চংনরি।

মুখভোবাদগী শ্রীহট্ট লোমদ লাকপদ বুরুঙ্গা কৌব খুল অমদ থুংখি মকম অহুগী লম্বী মপাল্দ য়াম্ন চাওরব লিরব সরাখোংবাং পান্বী অম হৌরম্মী। ইবুঙোন খোংবাং মখোঙগী উরুমদ পোখাহুন লৈবিখি; মধ্যাহ্ন মতমনি, মতম অহুদ লৌউব নিপা অমন যণ পাবোং অমন লৌ খোইহুন লৈরম্মী। ইবুঙোন যণ অহুগী অরাবহু উরগ লৌউব নিপা অহুবু মনাক্তা কৌশিন্নগ ভাকপিখি। যণ অনিসিবু অমুক হন্ন অরাব পীবিরগহু থুন থাদোকপিরো হায়খি। ইবুঙোগী বা তারগ লৌউব অহুন মখুৎ লোম্নরগ হায়জখি, ঙাকপিয়ু ইবুঙো, হৌজিক চোংলিক্তৈ অসিদ খোইদোকহৌন্নবদি কংখিব তারে; কংখিহুন লৌ লিংহৌন্নবদি কররন চাগনি?

লৌউব অহুগী বা তারগ ইবুঙোন হিক্ক হিক্ক কন্নহুন অসুম্ন হায়খি :-

হরিঃ হরিঃ একি সর্বনাশ।
ক্ষেত্র নষ্ট হৈবে বলি কর ধর্ম্মনাশ ॥

—শ্রীচৈতন্য রত্নাবলী

হরিঃ হরিঃ অমাগী মখল্লিদ; লৌবুক মাঙখিগনি হায়বগীদমক থম্ম অপুন্ন মাঙহল্লে। লৌউব অহূন ইবুঙোন হিক্ক হিক্ক কপ্লহ উরুবগ পুমঙক ঙকখি। থুদক অহূমক্তদ মণ অনিহূন ইবুঙোগী অথুব বাহৈশিংহ্ তাজরগ মমৈ থেক্কৎতুন থোক্লেল বাংন হরিনাম শোল্লক্লে। লৌউব নিপা অহূগী মমিং রামদাস কৌই, রামদাসন থৌদোক অহু উরুবদ চেনশিল্লগ ইবুঙোগী চরণ কোজরগ হিকুন হিকুন কপ্লহুন ননাইবু অমুক্ত ঙাকপিয়ু হায়ন ইবুঙোগী চরন্দ ওন্দুন লৈজখি। থুদক অহূমক্তদ ইবুঙোগী কৃপান রামদাস ভব সংসারদগী লাপ্পোকখি। মফম অদুবু "রামদাস দয়াল" হায়ন কাওখি।

বুরুঙ্গাগ্রাম অসিদ ইবুঙোগী মরিমতা রাম্ম লৈরম্মী। অদুবু ইবুঙোন কনাগী মমদদু চঙলুব তোঁদে। লম্বেলদ শাপৈগী মচিন মনাও গৌরীকান্ত থেংনহুন ইবুঙোগ খঙনখি, মাগী ময়াম্বন পোকপ শ্রীগর্ভদু থেংনখি। মথোই অনিমক্তন ইবুঙোগী চরন্দ আত্মা-সমর্পণ তৌজখি। লৌউব রামদাস অথোইব কৃষ্ণভক্ত ওইখিহুন মফম অদুগী ময়াম্ব বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি তম্মীখি। গৌরীকান্ত শ্রীগর্ভ অনিস্তু ইবুঙোগী কৃপা ফংজহুন অথোইব কৃষ্ণ ভক্ত ওইজখি। প্রভুন লেঙশিল্লম্ব থোংনাং মথোং অদুবু "শ্রীচৈতন্য বাড়ী" হায়ন অশেংব তীর্থ অম ওইদুন হৌজিক ময়াম্ম দর্শন তৌনরি।

মফম অদুদগী ইবুঙোন ঢাকা দক্ষিণলোমদ লেঙলক্লে, বুরুঙ্গাবাসী ময়াম ইবুঙোগী ভুংইল্লকখি, রামদাস, শ্রীগর্ভ, গৌরীকান্ত

লোয়নন মিশ্র ভৱনদা চুংদাংরাইরমদ থুংখি। কনা অমতন ইবুঙোবু খঙলমদে প্রভুগী শচৈগী ময়াম অহলগী মুপী সুশীলা দেবীনা মনা অহিংগী কুচু মাল্লবা নৌন নিঙথিজগ্রব সন্যাসি ইবুঙোবু দর্শন তৌজরগ মপুক্কিংদ মঙল মঙল থল্লহন মনেম্বোক হন্নবী অহুবু মথুং শম্লগ মপান্দ পুখোরকখি অমসুং নবনরায়ণনি খল্লুন মখোই অনিমক্ন ইবুঙোগী চয়ন্দ পুক্কনজখি। প্রভুন ইবুঙোগী পরিচয় পুরমক পীরব মতুংদ হায়রজখি; ইমাগী য়াথং মতুংইন ইবেনখোকপু উমব লাকচরিবনি। ইবুঙোগী ৱাহৈ ভাবদ শোভাদেবী মুঙাইবগী ঙমখে লৈরহন মঙইবুঙোবু মথুংশন্নহন ইমুংদ পুশিন্নগ নিঙথিন বিশ্রাম তৌহনখি।

সুশীলা দেবীন চাক ভল, ক্ষীর, সন্দেশনচিংব নিঙথিন হৌরগ মপুক্নিং যাম্না হন্নাওন ইবুঙোবু প্রসাদ ফংহনখি। অহিং অহুম লৈরহুন মবেম সংসারগী অৱাবগী ৱারি পুন্নমক মঙইবুঙোগী মফমদ লীজখি। প্রভুবু লপ্তোইবনি হায়বগী ভাব কয়মত লৈরমদে। মবেনগী মফমদ সন্যাসিগী রূপ অহু থুপচিল্লগ শ্রীগৌরাঙ্গ, শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অনিহু উৎপিখি। রূপশিং অহুবু দর্শন ফংজবদ শোভাদেবী জ্ঞান মাঙহুন লৈখায়দ তাখি; ইবুঙোন শ্রীহস্তন নানবিহুন মূর্ছা ভাব অহু কোকখি। কপ্প কপ্পহুন ইবুঙোগী মফমদা হায়জখি; নঙ্ন ঐঙোন্দ উৎপিখিব মূর্তি অনিমক ঐগী ইনাক্ত লেপ্পদন লৈহনবিয়ু।

ইবুঙোন মবেনগী নিঙজরিবহ্ থুংহনবিনবগীদমক নিন পান্দী অমন শ্রীগৌরসুন্দর শ্রীশ্যামসুন্দর মূর্ত্তি অনিথক নিরূপণ তৌরগ অভিষেক নিঙখিন তৌরকন মবেনগী মকমদ তাকপিখি; মূর্ত্তি অনিমক অসি ইবেনবোক্ত সেবা নিঙথিন তৌহৌরো; করিগুম্বদ ইবেনবোক্ত ঐবু উনিঙব মতমদ মূর্ত্তি অনি অসিদগী ঐবু উব ফজনি হায়রন মূর্ত্তি অনিহ্ মবেনবোক্তি মকমদ শিন্নবিরে। শোভাদেবীন মতম থুরদংগ লৈরিবনব হায়জবদ ইবুঙোদি স্বতন্ত্র ঈশ্বরনিন মবেনগী বাহ্ ভাবিদন নবদ্বীপ্ত লেঙখিরম্মী।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুন প্রতিষ্ঠা তৌরম্ব বিগ্রহশিং :—
(১) মবেনবোক্কী মকমদ শিন্নখিরব ঢাকাদক্ষিণগী শ্রীগৌরসুন্দর শ্রীশ্যামসুন্দর (২) মনাই গৌরীদাসকী মকমদ শিন্নরম্ব অম্বিকা কালনাগী শ্রীগৌরনিত্যাই (৩) মনাই বিষ্ণুপ্রিয়াদেবীগী মকমদ শিন্নবিরম্ব নবদ্বীপকী শ্রীনবদ্বীপচন্দ্র (৪) মনাই কাশীশ্বরগী মকমদ শিন্নবিখিব শ্রীবৃন্দাবনগী শ্রীগৌর গোবিন্দ (৫) মনাই জগদীশ পণ্ডিতকী মকমদ সেবা চংহনবিখিব যশোড়াগী বাল গৌরাঙ্গ মূর্ত্তি (৬) মনাই গোবিন্দ ঘোষকী মকমদ শিন্নবিরম্ব অগ্রদ্বীপকী শ্রীগোপীনাথ বিগ্রহ ওক্তক অসিমক হৌজিক কাওব নিঙথিন সেবা চংলি।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলাদি অগাধনি অহুমু প্রভুন ঢাকা দক্ষিণ লেঙহুন মূর্ত্তি প্রতিষ্ঠা তৌবিরম্ব শ্রীমতি বিষ্ণুপ্রিয়া দেবীন সেবা চংহনখিব শ্রীনবদ্বীপচন্দ্র প্রতিষ্ঠা, বিষ্ণুপ্রিয়া দেবী থোরম দাম্নচিংবগী বারী থরদং সম্পংন পীজরি—

———

## অনিশুবা ৱারী

# অগ্রদ্বীপকি গোপীনাথ

কাটোয়াগী মনাক্তা অজয় তুরেল মপান্দ তাব কুলাই গ্রামদ গোবিন্দ ঘোষ পোকই। মখোই মচিনযনাও অহুমনি গোবিন্দ ঘোষ, মাধব ঘোষ, বাসুদেব ঘোষ, মখোই অহুম অসি পদকার্ত্তা ওাক্লনি অমসুং মখোয় সুংশিন ইশৈ শকপ ওাক্লনি। নীলাচলদ রথ যাত্রাদ মখোইন ইশৈ শকই গৌরনিত্যাইন লৈগোই শাই; মখোয় অসি ইবুঙোগ মতম পুম্নমক্কী লোয়নবনি। নীলাচলদগী ভক্ত মযায় গৌড়দেশত হনখিব মতমদ গোবিন্দবু ইবুঙোগী সেবা তৌনবা থনম্লগ মচিন যনাও অনিন মযুমদ হনখি।

সন্যাস তৌরগ চহি মঙাগী মতুংদ ইবুঙোন জন্মভূমি দর্শনগী দমক গৌড়দেশত লেঙলকপ মতমদ গোবিন্দ ইবুঙোগী সেবাগীদমক লাক্লম্মী। রামকেলীদ সঙ্কীর্ত্তন তৌবদ মতুংদ ইবুঙোগী ভীক্ষা উৎসব তৌরম্মী। প্রসাদি চংলবা মতুংদ মুখশুদ্ধিগীদমক ইবুঙোন গোবিন্দরোমদ খুং তিংথোক্লমই, গোবিন্দন খুদংদ চংলুরগ হরিতকী অম পুরকই মতুগী তঙাই অম থাকহৌরগ তঙাই অমন ইবুঙোদ পীরম্মী।

মতুংগী মুখিত্ত অগ্রদ্বীপ কীর্ত্তণ তৌরে, মধাহ্ন মতম্দ প্রসাদি ফংলব মতুংদ হানগুম গোবিন্দবোমদ ইবুঙোন খুং ভিং-থোক্লকখি, গোবিন্দন ঙরাংগী থাকহৌব তথাই অহুম ইবুঙোদ পীরম্মী। ইবুঙোন হায়খি গোবিন্দ! ঙরাংন অহুক কুইন চঙ্লগ ঙসিন অমুক থুন পীরিব অসিন কদাইদগীনো? গোবিন্দন খুমজখি ঙরাং ফংব হরিতকী অহুগী তথাই অম থাকহৌবন, ঙসি ইবুঙোগী পীজরিব অসিনি। গোবিন্দগী রা তারগ ইবুঙোন হায়খি—গোবিন্দ, নহাক্তি গৃহস্থগী পৈশিন্দুন থম্বগী থাশা অসি হৌজিক কাওব থাদোকখি; সন্ন্যাসিশিংগীদি নোংম নোংমগী ভগবান অহুম ভক্তনি। হোরেন হয়েংগীদমক পৈশিন্দুন থম্ব অসিদি গৃহস্থনি অহুন নঙ্গ ঐগ তিনব য়াত্রে, নঙ্ অগ্রদ্বীপ্ত লৈহৌরো, অদুগ নঙ্ য়াম্ন থুন নমুম পান্নুখো হবেং কোম ঐগ উমলি। ইবুঙোগী য়াথং তাবদ গোবিন্দ থম্মোই কায়রে অহুবু ইবুঙোগী য়াথং হিকত্তোকপ য়াদবনিন অগ্রদ্বীপ্ত কপ্তুন লৈহৌরে। প্রভুন অমুক তাকপিখি—গোবিন্দ! কপকনু ঐন নঙ্বু "অসাধ্য সাধন" তম্বিগনি অদুগ ভগবান মনাই ভক্তগী মফমদ কয়া য়াম্ন চানবীবগে হায়বহু নহাকপু তম্বিগে হায়রম্লগ ইবুঙো লেংখ্রে।

নোংঙাল্লগ গোবিন্দনা গঙ্গাদ কুমথরগ ঐশিং মমুংদ মথ্মাং কাওব মুল্লগ নাম জপ তৌদুন লৈরম্মী। করিগুম অমুব পোংশক অম ঐশিংন পুথরক্লগ গোবিন্দগী মশাদ ঙা থেংহুন অহুম লৈখি।

গোবিন্দ কবিনু খজুদন নামদ মপুক্কিং মুপ্তুন লৈখি। অপ লোয়নব মতুংদ য়েংলুবদ অমুব পোংলোইবগী শীঙ অকাবগুম অম লৈব থেংনখি ইবুঙোন গোবিন্দগী মপুক্ত চঙলগ মহু মমুমদ পুহ্নন চংলু শীঙ অকাব নত্তে। গোবিন্দ মমুমদ পুহুন চংলগ য়েংলুবদ নুংঙ অমুব অম ওইরম্মে। নোংঙাল্লগ ইবুঙোন দলগ লোয়নন পাক্নন গোবিন্দদ হংখি। গোবিন্দ করি বংলে? ঐন ঙরাং পীখিবঁ পোং অছু বংলব্রা? গোবিন্দন খুমজখি, বংজরে ইবুঙো, মহু নুংঙ অমুবনি; নুঙ অহুন ইবুঙোন বিগ্রহ অম নিরূপণ তৌহল্লগ অভিষেক নিঙথিন তৌরে, গোপীনাথ হায়ন মিংথোল্লহুন গোবিন্দগী মফমদ শিন্নবিরে, মসি নুঙন সেবা নিঙখিন তৌহোরো ঐ চংলগে; অহুগ গোবিন্দ নঙ মায় থুনে নমুম পানগদবনি হায়ন ভাকপিরম্লগ ইবুঙো লেঙখরে।

গোবিন্দ য়ায় থুন লুহোংহুন মচানিপা অম পোক্লে, মচা পোকপ মতুং চহি ফাত্রিরৈদ মাগী মুপীহু শিক্রে। গোবিন্দ অরাব তাবে গোপীনাথকী সেবানে অঙাং অপিকপ অহুগী সেবানে গোবিন্দ মথোং মরম থঙত্রে অঙাংগী সেবাদ গোপীনাথকী সেবা থাদোকপ অহুগ গোপীনাথকী সেবা তৌরগন অঙাংগী সেবা থাদোকপ, অঙাংবুন লুন তৌগদ্রা গোপীনাথপু হেন্ন শুন তৌগদ্রা; মথোং মরম থঙত্রে; য়ায় রান য়োকচরগ চহি মঙা হেক চঙলকপদ অঙাং অহু শিথরে। মচাগী মৈচাক্ক গোবিন্দ ঙাওরহুন হায়রকই, নিতি নিতিগী নঙগী সেবা তৌজবগী অস্থক ফুংশিহৈত্ব

ফল অসির ?  নঙগী নমাওদ ঐস্নু শিন্নগে হায়না কপ্পহুন গোবিন্দ ঠাকুর মায়থৱ চাৱ থকপগী মাথল থাদোকুন গোপীনাথকী মমাংদ কবিনত ভৌদন নঙস্নু চরা- হেল্লু কনান নঙবু পীজবগে য়েংসি হায়রগ কমহুন লৈথোকপ্রে ।

অসোমদ বিগ্রহ অহু বা ভাঙলক্লে, গোবিন্দ বাবা ঐবু কবিন্নত পীজদব ঙসি হমনি গুবে, ঐশিং থোরাংবন চরম অসি কংলে ঐশিং থরদং ফাওব পীথক্লরোইরা ? গোবিন্দন খুমখি, নঙদি থোঁজাল হায়বহু মরিক অমত লৈতবনি; গোপীনাথন অমুক হায়রকই কবিনু- থঙত্রব অঙাং ঐবু নঙন চরা হেলহন্নুন অহুম থম্মগেরা ? গোবিন্দন অমুক হায়রকই— ঐগী অঙাং কদাই নঙন হাত্তোকপ্রব অহুরা ? অঙাং অমতং কংজহুন ঐগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম ভৌথিনব কয় লোকচরে, মহুস্নু নঙন হাত্তোকপ্রে হৌজিক কদাইদগী অঙাং কজনি ? প্রতিমান অমুক হায়রকই— ঐ নঙগী নচানি। নঙবু ঐগী ইচাবে হায়ন গোবিন্দন হায়রকই ? নঙন ঐবু অঙাং অম ইমিত্ত উহল্লে, হুংশিহল্লে অহুগ নঙন অমুক হাত্তোকুন ঐবু অঙাংগী মাথন্দ থাংহল্লে অসিরা ?

গোপীনাথন অমুক হায়রকই, তাও ঐ বা অম হায়গে, মুপা অমগী অপিকপ অঙাং অনি লৈহুন মহুগী সেবাদ নঙ কররা থাখি ? মহু ঐ পামদে, ঐন চংখিব অম নত্রগ অঙাং অহুন চংখিব; অনি অসিগী মরক্ত অম থোক্রবদি নহাক পানব ঙম্মরোই

হায়না ঐন থম্লহন্‌ তৌবনি, হৌজিক্তি অঙাং অহু চৎপ্রে য়াম্ন করে মহুগীদমক অহুকহাক্ল বাক্লম্নগম্ন, হৌজিক্তি ঐ নহাকী নচা ওয়রে, শিম্রিব অহুমক্লি হায়ন থম্লো; মহাক্ল মপাগীদমক তৌগদব থবক পুম্নমক ঐন শোয়দন তৌম্নগনি। গোবিন্দন অমুক হায়ম্নকই করি করি থবক্লো নঙন ঐগীদমক তৌবিগদৌরিব? নঙন ঐগী শ্রাদ্ধ শোনবি-গম্না? গোপীনাথন অমুক হায়ম্নকই, ঐ নহাকী অশেংব নচানি, মচানিপা অমন মপাগীদমক তৌকম থোকপ থবক পুম্নমক ঐন শোয়দন তৌগনি, নঙগী শ্রাদ্ধ শোনগনি, অতৈ মতৈ তৌকম থোকপ থবক পুম্নমক ঐন শোয়দন তৌগনি হায়ন ঐন নঙগী নমাঙদ বাশক্লন হায়রিব অসিনি।

গোপীনাথকী অসিগুম্ব বাহৈশিং অহু তারগ গোবিন্দ প্রেমন থাগুব য়াম্নহন প্রতিমাবু চেৎন কোল্লগ কম্নমথে কপল্লুরগ স্নান তৌরগ গোপীনাথপুম্ন নিঙথিন স্নান তৌবিম্নগ লুক হৌহুন গোপীনাথপু মপুক থম্ন পীজরে, অহুগ গোপীনাথকী অধরামৃত অহু ফংজরগ মপুক্লিং য়াম্ন হবাওন গোপীনাথকী নিতি সেবা কায়দন তৌহুন লৈখি। মতুংদ সেবা তৌবিনব অতোপ্প ব্রাহ্মণ মচা অম থমহুন নিঙথিন তঙ্গন গোপীনাথকী নিতি সেবা কায়দন তৌহুন লৈখি।

মতম থম্ন লৈরগ গোবিন্দ ঘোষ শিম্নে গোবিন্দ শিব-হুমিত্ত গোপীনাথকী মমিত্ত মপি চহুম চহুম তাখি। সেবা

তৌরিব পূজারীগী মমভদ গোপীনাথন তাকপিখি, তাও ঐ মা অমা হায়গে, গোবিন্দ ঘোষ, ঐগী অপেংবে ইপানি ইপ। শিরবমিন ঐ খা অম মাংগনি; নঙন ঐবু হবিস্তার পীজগদবনি, ঐবু নিত্তিগী স্নান তৌবিরগ কী অপাব, অচম অম শেংশিপদবনি, ইপাগী শ্রাদ্ধ মুমিত ইপাগীদমক্ত গঙ্গা মপান্দ ইথুনে পিণ্ড পীরগ ইপাগী শ্রাদ্ধ শোনগনি মনি ঐগী প্রতিজ্ঞানি পুম্নমক অনি নঙন ভাক্ত কায়দন শিনগদবনি; শ্রাদ্ধগী পোৎলম পুম্নমক অমত চিথদন নঙন; লাওশিন্দুনে থবগদবনি মসি পুম্নমক অনি শোয়ব য়াদে হায়না গোপীনাথন তাকপিখি।

পূজারী 'অহন মঙগী বা পুথনমক খুলগী মীশিংদ তমহুন তাহল্লে। গোবিন্দগী শ্রাদ্ধ মুমিং থোক্লে, শ্রাদ্ধ মুমিং অহুদ খুলগী মী থুমিঙমক্ত অঙম অঙব পোৎ পুরক্তুন গোপীনাথদ কৎলরে। মুমিং অতগী মীদি মশিং থাব ওমদন' লাক্লখি অতাব হিন্দু মুসলমান, অহল, অঙাং অমত চিথদন গোবিন্দ ঘোষকী শ্রাদ্ধ চেংব লাক্লখি। ময়ামগী মমাঙদ প্রতিমা গোপীনাথপু ফি অভোবা লংহিং ফি অম শেৎপিরগ পুথোরক্লে। ময়াম অতুগী মমাঙদ প্রতিমা গোপীনাথন মথুৎন পিণ্ড পায়রগ গঙ্গা মপান্দ মমিংত, মপি চহুম চহুম তান গোবিন্দ ঘোষকী শ্রাদ্ধদ মপাগীদমক মথুৎন পিণ্ড পীহুন শ্রাদ্ধ নিঙথিন শোনখি।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুন মনাই ভক্তবু কমা মাগ্ন চানবিব অহুম পুকনিং হকচাং থমাই অমত ওইন একান্তিক ভক্তিদ

নিঙজরবদি ইরাই লায়ন শ্রীকৃষ্ণচরণ কংই হায়বগী থুদম মনাইগী মকমদ তম্বিখি। অহুগ ইথুঙোন তাকপিরম্ব "অসাধ্য সাধন" হায়বহ্ অসিনি। অলাকপা মী থুদিঙমক্‌ন শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুন মনাইশিংগী মকমদ বৈষ্ণব সদাচার প্‌রনমক তম্বিরগ জীব থুদিঙমকপু মতৌ করমন সংসারগী মায়াদগী লাম্বোকলগে হায়রব খিবিক ময়েক লানা থুদম ওইন তম্বিখি।

অগ্রদ্বীপ্ত অহুগুম শ্রাদ্ধ অহু মুমিং অহুদগী হৌহুনা চহি থুদিঙগী ওইন চৈত্র থাগী একাদশী মুমিত্ত গোপীনাথন গোবিন্দ ঘোষকী শ্রাদ্ধগী পিণ্ড পীরিং। ইথুচোন মনাইগী মকমদ প্রতিষ্ঠা তৌরগ শিম্নবিয়ম্ব গোপীনাথ অহুবু অগ্রদ্বীপকী গোপীনাথ হায়ন প্রসিদ্ধ ওইহুন লৈরি।



### অহুমশুবা ৱারী

## অম্বিকা কালনাগী

নবদ্বীপ্তগী ক্রোশ* মঙারোম চৎলগ শালি হায়ন কৌব খুল অম লৈরম্মী। খুল অদুদ কংশারী মিশ্র কৌব ব্রাহ্মণ অম লৈরম্মী। মহাক্কী ব্রাহ্মণীগী মমিংনা কমলা দেবী কৌই। মখোইগী মচানিপা অনিথক পোক্লমই, অহলন সূর্য্যদাস অতোপ্পনা গৌরীদাস কৌই। মখোই অনি অসি গৌরাঙগী মঙাং ওইরিবগী লোয়নব ওইরম্মী। সূর্যদাসকী মচানুপী অনি পোকই বসুধা, জাহ্নবী কৌই।

গৌরিদাসতি ব্রহ্মাচারীনি, সূর্যদাসন মনাও গৌরীদাসকী মকমদ হায়খি অম্বিকা কালনাদ চৎলগ গঙ্গা মপাম্দা যুম মচা অম শারগ কনা খঙদনা ভজন সাধন তৌদুনা লৈরু, মহুদগী হেন্না ফবা অতোপ্পা অম অমুক লৈত্রবনি। মমাঙ্গী য়াথং মতুংইন্না গৌরিদাস অম্বিকা কালনাদ চৎলগ গঙ্গা মপাম্দা যুম অম শারগা সাধন তৌদুনা লৈখি।

নোংমা গৌরাঙ্গনা শান্তিপুরদগী হল্লকপ মতমদা হরীনদি গ্রামদগী হি অম পুদুনা মশান নৌ পায়রগ গঙ্গা লান্দুনা অম্বিকা কালনাদ থুংখি, ইবুঙোন নৌ অদু পায়না পায়না গৌরীদাসকী মমুমদা চঙলকখি। ইবুঙোন তৌরকইবা মতং অদু উজরগ গৌরিদাস

*ক্রোশ= মাইল অনিন ক্রোশ অমনি।

পূমণ্ডক ঙক্কখি"। ইবুঙোন্‌ তাকপিখি গৌরী ! নঙগীদমক ঐন নৌ অসি পুরকলিমনি, নঙন নৌ অসিন সংসারগী মী খুদিংমকপু ভব সংসার মায়াগী তুরেন্দগী লান্থোক্লপিগদবনি ; নৌ অসি নিঙথিন থমজিন্নু হায়ন গৌরীদাসকী মকমদ নৌ অহু শিন্নবিখি। গৌরীদাস ইবুঙোগী চরণ ভক্তি কৎচরগ মথুং অনিন নৌ অহুবু লৌজখি। ইবুঙোন গৌরীদাসপু নিঙথিন আলিঙ্গন তৌবিরগ তাকপিখি, গৌরী নঙ ঐগ লোয়নন নবদ্বীপ্ত চৎসি নঙোন্দ ঐন পোং অমগ পীনিঙই। গৌরীদাসন খঙখি অসুক মমল য়ামগ্রব পোং অম পীবিরবমক্তেদ অতৈ করি অমমুক পীগদো-রিবমো হায়ন খঙখি ; গৌরীদাস ইবুংঙোগী ভুং ইন্দুন নবদ্বীপ্ত চৎচরে ; নবদ্বীপ য়ৌরগ ইবুঙোগী শ্রীহস্তন নিঙথিন ইব মুক্তা পয়েংগুম নিঙখিজরব গীতা অম পুখোক্লুন মসি নঙ লৌজরে, মহানমথৈ নঙোন্দ পীগে খন্দুন লৈরিবনি, মসি ঙসি নঙ পুজ্ঞখরো হায়ন গীতা অহু মথুত্ত পীবিরে।

গীতা অহুবু হেক উজবদ গৌরীদাস প্রেম ঙাওখি, গীতা অহুগী মঙশি উমদভদ প্রেম, খুৎন শোকচরে প্রেম, পাগে খন্নুরে প্রেম প্রেমগী ভুঙনক্ষম ওইরমই। গীতা মথবাক্ত চেংন কোঞ্জরগ কপ্লমথৈ কপ্লুরগ গৌরীদাস মকোক্ত গীতা হাপকৎচরগ অম্বিকাদ হনখি। গৌরীদাসন খঙখি ইবুঙোন অসুক য়াম্ন

চানখিরবদ গৌরীদাস ঐহাক্ধ ধ্যান অরাধনা করি কাম্নগনি হায়না থজখি। মসি পুম্নমক ইবুঙোগী প্রেমগী লীলানি, মসিগী মথৈ খিব ওম্নরোইদবনি।

সন্ন্যাস তৌরব মতুং চহি মঙারোম নৈরগ মাতৃভূমি দর্শনগীদমক্তি নবদ্বীপ্ত লেঙলকপ মতমদ শান্তিপুরদ অদ্বৈতগী ময়ুমদ থুংখি। গৌরীদাসন নাপননা থল্লহুন ইবুঙোবু উম্নব চৎখিদে। সংসার থাদেতুন চৎপ্রব সন্ন্যাসি অসিদগী ঐখোয়গী করি অমুক ফংকম নৈরি; মরাম্ব নিত্যাইনন্দ হায়দগী সন্ন্যাসি ওইপ্রবনি; মিৎকী মিং নত্তা থনিন চৎপ্রব অসিদ ঐখোয়ন অমম্বগী শোংলব সংসার অসিদ করম মতম লেনগদৌরিবা অসি থল্লহুন নাপলম গৌরীদাস, ইবুংঙোবু উম্নব চৎখিদে।

নোংম গৌরাঙ্গন নিত্যাইনন্দগ লোয়নন গৌরীদাসকী ময়ুমদ লাক্লগ শুমাংদ লেপ্তুন নৈখি। গৌরীদাস কপ্ল কপ্ল চেপ্নোয়তুন চরণ অনিবু কোঞ্জরগ হায়জখি, ইবুঙো নখোয় অনিবু পুম্নি অসিমগী থাদোকচম ওমজররোই বন্দি ওয়ন থমজরগ নিতিনিতিগী চরণ অনিমকপু সেবা তৌদুন লেনজরগনি।

ইবুঙোম নোক্লহুর্ম হায়রকই— গৌরী। লম্বোইব ঐখোয়বু থবগী মহুত্ত ঐখোয়গী প্রতিমা ওয়ন থম্নগ সেবা তৌজো। গৌরীন হায়জখি— ইবুঙো! প্রতিমাগী মর্থবাই মাওয়রা?

ইবুঙোন খুম্মি— প্রতিমাগী মথাই লৈ। প্রতিমান আসন কাসদ কপ্প ওব্রা? ইবুঙোন খুম্মি, নিঙথিন কপ্প ওম্মি। প্রতিমাবু বা ভাঙ্‌ব ওব্রা? ইবুঙোন খুমখি— হোয়, ভাঙ্‌ব ঙমগনি। প্রতিমাবু মখুংদ চাক চাগব্রা? ইবুঙোন খুমই— হোয়, শোয়দন চাগনি।

ইবুঙোন তাকপিখি নও য়াম্ব থুব নবদ্বীপগী নিম পাম্বী অম লৌরুরো অদুগ ঐখোয় অনিগী মূর্ত্তি অসি শাবগ সেবা চংলো নখোয়ন নিঙজব অপুব থুজনি। ইবুঙোগী খোজাদগী বাহৈশিংদু তাজবগ গৌরীদাস প্রেম্ন ভাওবদুন কুমগী নোং চুবগুম ইবুঙো অনিগী চরণ কোঙবগ কম্নমবৈ কপ্পুরগ মী থাখিদুন নবদ্বীপগী নিম পাম্বী অম লৌহল্লুরে, অদুগ গৌর নিত্যাই অনিগী বিগ্রহ নিরূপণ তৌরে। অদ্বৈতগী য়াথংনা মচানিপা অচ্যুতানন্দবু বিগ্রহ অনিমক দশাক্ষর গোপাল মন্ত্রন অভিষেক তৌহল্লগ বিগ্রহ অনি অদুগী সেবা হৌখি।

প্রভুনা তাকপিখি অদুদি ঐখোয় মরিন চানবা চাক পীরো, অদুগ কম্বব ফাল মরি অমগ থোরাং তৌরো, ঐখোয় মরিমক পুন্নপ্না কম্মিন্নবগ চাক চামিন্নবগনি নত্রবদি নঙন থাজবরোই। গৌরীদাস মপুক্কিং য়াম্ন হরাওন আসন কাল মরি থাজরে, চানব লুক মরি অমগ থোরাং তৌজরে। গৌরীদাসকী মমাঙদ মরিমক কম্মিন্নবগ চাক চাখরে, করম্বন স্বরূপনো করম্বুন বিগ্রহনো হায়ব খগুদন চাক চামিন্নখি।

ইবুঙোন ভাকপিখি, গৌরী ! বিগ্রহগ স্বরূপক করিমত খেন্নদবনি। মী মহাক্কী ভক্তিদ লোয়ন লৈবনি। বিগ্রহ অান অসিন নঙ সেবা তৌহৌরো ঐখোই অনিন চৎপ্রগে, নঙন নিঙব থুংলেদনা, ঐখোই অনিমক নঙগী মনাক্ত লেঙদন লৈরি হায়বসি খঙজরো। গৌরীদাসন ইবুঙো অনিগী চরণ কে.ঞরগ ভক্তি প্রেম কৎচখি, গৌরনিত্যাই অনিন মনাইবু চেংনু অনিজগ তৌবিরম্নগ লেঙখরে।

গৌরীদাস গৌরনিত্যাই বিগ্রহ অনিগী সেবা তৌদুন হুঙাইন লৈজখি। নোংম গৌরীদাসন গদাধরগী মমুমদ চৎতুন ভিক্ষা অম তৌখি, গদাধরন— গৌরী' করি পীরগ নঙগী ননিঙ থুহনি ? গৌরীদাসন হায়রকই নঙগী শিষ্য হৃদয়ানন্দ অসি ঐঙোন্দ পীরো, গৌরনিত্যায়গী সেবা তৌহল্লগে, গদাধর থীন্দন মচা হৃদয়ানন্দবু গৌরীদাসকী মফমদ শিন্নরগ হায়খি, হৃদয়ানন্দ নঙ, ঙসিদগী গৌরীদাসকী সেবক ওইরবনি, গুরুভক্তি কায়গনু হায়রন আশীর্ব্বাদ পীবিখি। গৌরীদাস হৃদয়ানন্দবু অম্বিকাদ পুরগ শাস্ত্র নিঙখিন তশীরে অহুগ কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা পীবিরগ গৌর-নিত্যাই অনিগী সেবা তৌহুন লৈহনখি।

প্রভুগী জন্মদিন নকশিল্লক্রে, গৌরীদাসন হৃদয়ানন্দদ হায়খি। প্রভুগী জন্মউৎসব তৌগনি. ঐহাক শিষ্য শিংদগী উৎসবকী পোৎলম ভীক্ষা তৌরুখিগে নঙ.ন বিগ্রহ অনি অসিগী সেবা নিঙথিন

তৌরম্মু হায়না শিররগ গৌরীদাস তাঙ্কা চংলে। উৎসব মতম নকশিল্লক্লে। গৌরীদাস হল্লক্লে, উৎসব নিনিতা ভাররব কাওবদ গৌরীদাস মখুমদ বল্লক্লে। হৃদয়ানন্দ লৈব য়াল্লহুন উৎসবকী পোৎলম লোইনা থৌরাং তৌরে, অহুগ মাইকৈ মরিমক ভক্তশিং উৎসবকী নিমন্ত্রণ তৌখ্রে।

উৎসব হয়েংনি হায়বগী মুংদাংবাইরমদ গৌরীদাস মখুমদ থুংলবে। উৎসবকী পোৎচৈ ময়াম থৌরাং তৌরম্লিব অহু উরগ গৌরীদাস মপুক্তদি য়াম্ন মুংঙাইরণী। কোংঙাল্লগ অমুক্ত য়াম্ন শাওনা, নঙন ঐ লৈনলৈন ননিং নথা তৌহুন মকম মরাং খুঙদন উৎসবকীদমক নিমন্ত্রণ তৌরম্লিবসি ঐবু অপমান পীবনি, অহুন নঙ আশ্রম অসিদ লৈব য়াম্রে থুন চংশ্রো হায়না হৃদয়ানন্দবু ভাঙ্খোকখি। হৃদয়ানন্দ মপুক্লিং য়াম্ন মুঙাইত্তনা কল্ল কল্লহুন গঙ্গা মপান্দ চংশ্রগ উথোং অমদ কমহুন কণ্ড্রন লৈখি।

গৌরীদাস উৎসবকী থৌরাং তৌরে। থৌরাং লোইরহুন ভোগকীদমক থোং হাংদৌহুন য়েংলুবদ গৌরনিত্যাই বিগ্রহ লৈরমত্রে। গৌরীদাস শাওরহুন তৌরিব পুম্নমক অসি হৃদয়ানন্দনা থোকহনবনি হায়না চৈ অচৌব অম পায়রগ গঙ্গা মপাল্লোমদ লাকখি। মকম অহুদ ওন্থোকপ মতৌ অম তৌরম্লে, হৃদয়ানন্দনা গৌরনিত্যাই বিগ্রহপ লোয়নন জগোই শাহুন লৈরম্ব থেংনখি।

# মরীশুবা বারী

# হৃদয় চৈতন্যদাস

মুর্শিদাবাতকী ভরতপুরদ মাধব মিশ্র কৌব ব্রাহ্মণ অম লৈরম্মী। মহাক্কী মচানিপা অনি পোকই, অমন গদাধর অমসুং বানীনাথ। বানীনাথকী মচানিপা অনি পোকই অমন নয়নানন্দ অমসুং হৃদয়ানন্দ, গদাধরদি ব্রহ্মচারীনি, গদাধর অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাপ্রভুগা লাইনিঙ তৌখিবনি অমসুং মতম খুদিংমক্তা প্রভুগা থানবা লৈরম্মে। হৃদয়ানন্দবু গদাধরনা মোকুন শাস্ত্র অপুন্ন তম্বিখি অদুগা গদাধরগী মরমদগী দীক্ষা তৌজখি। গৌরীদাস অসি সূর্যদাস সরখেলগী মনাওনুপানি সূর্যদাসকী মচানুপী অনি লৈরম্মী, বসুধা অমসুং জাহ্নবী মখোই অনিমক নিত্যানন্দদ লুহোংখি। গৌরীদাস মাগী লৈকম শালি-গ্রাম থাদোকুন কালনাগী গঙ্গা মপান্দা যুম অমা শাগুন লৈখি। নোংমা গৌরহরিন গৌরীদাসকী মযুমদ লাক্লমই; ইবুঙো মথুঙে নৌ অম পায়রগ গৌরীদাসকী মযুমদ চঙলকখি, ইবুঙোগী মতৌ অদু উজরগ গৌরীদাসনা হংজখি, ইবুঙো তৌখিব্রিবা অদুবু করিনো? ইবুঙোন খুমখি, গৌরা মণ্ডলদগী ঐন নৌ অসি পুরকলি নন্দন নৌ অসিন কলিগী জীবদু মাঙোর মায়া ভুরেন্দগী লাম্বোকপিগদবনি, নৌ অসি লৌশিল্লগ নিঙথিন থম্মু। গৌরীদাস মথুং অনিন নৌ অদুবু লৌজরগ চরন্দা থুকমজখি, ইবুঙোন

গৌরীদাসপু নিঙথিন অলিঙণ তৌবিরম্নগ লেংলে।

মতাম তৌরব মতুং চহি মঙারোম নৈরগ মাতৃভুমি মশাবগীদমক শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুন নীলাচলদগী নবদ্বীপ্ত লেংলকখি। মথং মথং লাকপদ নোংমা মরূপুং নিত্যানন্দগ লোয়নন গৌরীদাস কীদ লাক্লগ সুমাংদ লেপ্তুনা লৈখি। গৌরীদাস চেনশিন্নগ ইবুঙো অনিমক্কী চরন্দ কোন্নগ, ঙসিদগী মথোই অনিমকপু থাদোক্লরোই পুন্সিচুপ্প বন্দি থম্নগনি হায়না কপ্তুনা লৈখি। প্রভুন মোখোন নোক্লগ তাকপিখি নঙ্গোইব ঐখোয় অনিখু থবগী মহক্ত ঐখোয় অনিগী বিগ্রহ প্রতিষ্ঠা তৌরগ সেবা তৌবো অদুন নাহাকী নিঙব পূরমক থুংগনি, মায় থুন নবদ্বীপ চংলগ নিম পাম্বী অম লৌরুগ মূর্তি নিরূপণ তৌরো হায়না তাকপিরম্নগ লেঙখরে।

গৌরীদাসন ইবুঙোগী য়াথং মতুং ইন নিম পাম্বী লৌহনুরগ গৌরনিত্যাই বিগ্রহ নিরূপণ তৌরগ সেবা চংপ হৌখ। বিগ্রহ অসিবু সেবা তৌবিনব মতিক চাবা ব্রাহ্মণ ১চা অমত থিরুগে খন্দুন গদাধরগী মরুমদ লাক্লগ ভিক্ষা নিখি, নঙগী হৃদয়ানন্দ অসি ঐঙোন্দ পীরো গৌরনিত্যাইগী সেবা তৌহনগে। গৌরীদাসকী বা তাবগ গদাধরন মচানিপা হৃদয়ানন্দবু গৌরীদাসকী মফমদ পিরখি। গৌরীদাস হৃদয়ানন্দবু মরুমদ পুরগ কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা পীবিরগ গৌরনিত্যাইগী সেবা তৌহনখি।

গৌরীদাসন হৃদয়ানন্দগী মফমদ গৌরজন্মদিন উৎসব তৌগনি অহুন মহুগী চঙগদবা পোৎসম শিষ্যশিংগী মফমদগী নিরুখিগে নত্তন বিগ্রহশিং অসিগী সেবা নিঙখিন তৌরম্মু হায়ন শিষ্যরগ গৌরীদাস ভিক্ষা চৎখিরম্মী। উৎসব মরিনিদ ঙায়রবা কাওবদ গৌরীদাস মমুমদ হল্লক্রে। হৃদয়ানন্দন খনখি উৎসব তৌগনি হায়রমলগ ঙসি কাওব লাক্রিব অসিবু করি তৌরবনো হায়ন মপুক্ত মওল মওল খনখি। মুখিং নিনিত ঙায়রবা কাওবদ গৌরীদাস হল্লকত্রে। হৃদয়ানন্দ উৎসবকী থৌরাং লোইন তৌজরে অহুগ যামকৈ খুদিঙগী ভক্তশিং উৎসবকী নিমন্ত্রণ তৌরম্মী। উৎসব হয়েংনি হায়রবগী মুংদোংবাইরমদ গৌরীদাস মমুমদ হল্লক্লে, হৃদয়ানন্দন শিল্লখলিব অহু উক্তরগ গৌরীদাসন মাবু আশীর্ব্বাদ পীবগী মহুত্ত উৎসবকী অযুক্ত ঐ লৈন লৈন মকম মরাং খঙদন ঐগী য়াথং য়াওদন মযাম্বু নিমন্ত্রণ তৌরম্মিব অসি ঐবু অপমান পীব নত্তন করি অমত নত্তে নঙ হৌজিকমক আশ্রম অসিদগী চৎব্রো হায়ন হৃদয়ানন্দবু আশ্রমদগী তাম্বোকখি। হৃদয়ানন্দ মপুক্কিং য়াম্ম মুংঙাইতন নিঙব কায়রহুন গঙ্গা মপান্দা উখোং অমদ কমহুন কপচুন লৈখি।

অসোমদ গৌরীদাস উৎসবগী থৌরাং তৌবা হৌরে, মরক অহুদ হৃদয়ানন্দগী নিমন্ত্রণ ফঙব কাঙবু কাঙবু লাক্কুন উৎসবকী কৎনব পোৎ পুরক্লমই, হৃদয়ানন্দন লৈরিব গঙ্গা মপাললোমদ চঙশিল্লকখি ; হৃদয়ানন্দনা হায়জখি, উৎসবতি আশ্রমদনি ময়াম আশ্রমলোমদ লেঙবিয়ু হায়ন আশ্রমলোমদ থাজিল্লকখি। আশ্রমদ

হায়খি, ময়াম চঙলকপদ গৌরীদাসন হৃদয়ানন্দগী নিমন্ত্রণনি, পোংশিং অদু পুরগ মাগী মনাক্ত চৎপিরু, মফম অদুদ মাগী মরম্মাই উৎসব অম তৌ হায়ন ময়াম্বু, আশ্রয়দগী তাম্মোকলকখি। ময়াম্বু হৃদয়ানন্দন লৈরিব গঙ্গা মপান্দ লাক্লগ হায়খি, হৃদয়ানন্দ নঙগী নিমন্ত্রণনি মফম অদুদ পোংচৈশিংঅসিন মরম্মাই উৎসব অম তৌজগো হায়ন হায়রকই। মাদু তাবদ হৃদয়ানন্দ পুরক্লিব পোং ময়াম অদুন মফম অদুন মরম্মাই উৎসব তৌব হৌখি।

অসোমদ গৌরীদাসন উৎসবকী থৌরাং তৌব লোইরদুনা সেবা পুজারী গঙ্গাদাসপু লুক চম্মবগীদমক থোং হাংদোক্লুনা য়েংব মতমদ মন্দিরদ গৌরনিত্যাই বিগ্রহ লৈরমদ্রে। গৌরীদাস শাওবন থবক পুমনমক অসি হৃদয়ানন্দন তৌবনি হায়না চৈ অচৌব অম পায়রগা গঙ্গাবোমদ পরপ্ পরপ্ থোরকখি; তৌইগুম্মুং মফম অদুদ ভক্ত ময়ামন হরি সংকীর্ত্তন তৌরগ ময়াইদ গৌরনিত্যাইন জগোই শাদুনা লৈরম্মদু থেংনখি, তৌরিব মতৌ অদু উকবদ গৌরীদাস জ্ঞান তারে অদুগ মথুত্তগী চৈ তাখিবা খঙবোদে গৌরী-দাসকী অশাওব মতৌ অদুদ খুদক্ত গৌরনিত্যাই মাঙখরে, গৌরীদাসকী মমাঙদ গৌরহরিন হৃদয়ানন্দগী থম্মোইদ চঙশিনখি নিত্যাইনন্দন অন্তর্দ্ধান ওইখি।

গৌরীদাস চেনশিল্লগ হৃদয়ানন্দবু চেংন কোনবিরগ হায়খি, নঙগী ভক্তিন ঐত্তোন্দগী য়াম্না হেন্ন রাংখরে ভসিদগী নঙগী নমিং হৃদয়চৈতন্যদাস থোক্লবনি হায়না মথুং শমদুন আশ্রয় তান্ন

পুশিনবিখি। মুখিৎ অদুদগী গৌরীদাস জ্ঞান তারদুনা হৃদয়ানন্দবু য়াম্না লুন তৌখি। গৌরদাসন আশ্রমদ হল্লকপা য়েংলুবদ মন্দির মথুংদ গৌর নিত্যাই লৈরম্মে। মন্দির মথুংদগী গৌর নিত্যাইন মখিৎ ইরাও লাউন হায়রকই গৌরী ভসিদি নও খুঙজরেদন হৃদয়ানন্দগী গুরু ভক্তি, নওগী নপুক চুমথোকপিগে হন্দুন ঐন শিন্দবা খুজিন ভাক্তলি, নওগী মতম অপুম্বদ "উদ্দণ্ডভক্তি" অকনবা "অভিমান" অদু থাদোকউ।

মুখিৎ অদুদগী হৌন হৃদয়ানন্দবু য়াম্ম চাম্ম তৌখি; গৌর নিত্যাই অনিগী সেবাগী তার অপুম্ব হৃদয়ানন্দগী মকমদ শিন্নবিরগ মতম পুম্নমক গৌরীদাস নাম লৌন্দুনা মপুন্সি লেঞ্জখি। হৃদয় চৈতন্যদাসনা কালনাদ লৈদুনা গৌর নিত্যাই অনিগী সেবা নিঙৎলনা তৌদুনা লৈজখি। অদুগুম্ব ইমুংগোন প্রতিষ্ঠা তৌবিরম্ব বিগ্রহ অদুবু অম্বিকা কালনাগী গৌর-নিত্যাই হায়না প্রসিদ্ধ ওইরি। ইবুংঙোন মনাই গৌরীদাসকী মকমদ শিন্নবিরকপা হৌজিক ফাওবা অম্বিকা কালনাগী শ্রীগৌর নিত্যাইগী মন্দির মথুংদ লৈরি।

মঙাশুবা ৱারী

# জান্নগরগী গোপীনাথ

সারঙ্গদেব ঠাকুরগী ৱারি:— নবদ্বীপকী মনাক্ত জামগর কৌব গ্রামদ সারঙ্গঠাকুর কৌরে ব্রাহ্মণ ব্রহ্মচারী অম লৈরম্মী; মহাক্না গোপীনাথকী সেবা তৌহন লৈজখি, অহল য়াম্ন ওইরে, মখাং কোয়ে। সারঙ্গঠাকুর কৃষ্ণভক্তি য়াম্ন লৈব সংসার উদাসিন ওইব বৈষ্ণব অমনি। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুন মোংম সারঙ্গঠাকুরগী মফমদ চংখি; সারঙ্গ ঠাকুর ইবুঙোবু উজবদ চয়ন্দা ভক্তি থংচখি অমসুং লেঙবিরকয়প মরম হংজখি। সারঙ্গ ঠাকুর! কনান নঙগী গোপীনাথ সেবা তৌরি? সারঙ্গনা খুমজখি ঐ মতম কনানা ঠাকুর সেবা তৌবিগনি ইবুংঙো! প্রভুনা তাকপিখি, নঙদি য়াম্ন অহল ওইরে শিষ্য অমতংদি থম্মুদনা; সারঙ্গনা খুমখি শিষ্যগী দরকার লৈতে। প্রভুন তাকপিখি নঙন্না মতম পুম্নমক্ক সেবা তৌব ঙমদব মতম লাক্কনি শিষ্য অমদি দরকার ওই। অফব শিষ্য কদায়দগী লৌরুগনি ইবুঙো, শিষ্য ফংনব হোৎনবদ লোইরবদাই অসিদ বিপরিত ফল ফঙ্গনি, ঐ লৈরি গোপীনাথ লৈরি অসিন লোইরে। প্রভুনা অমুক হায়রকই শিষ্য অমতংদি থম্মু সারঙ্গন খুমখি অহুদি ইবুংঙো অফব শিষ্য অমত পীবিয়ু; ইবুংঙোন তাকপিখি হোয় অফব শিষ্য অম ঐ পীগে।

হয়েং নঙন গঙ্গাদ অমুক খোরকপদ ইহান হাম্ন থেংনব অহু নঙগী শিষ্য ওইগদবনি। সারঙ্গনা হায়রজখী মওইবরনে ইংঙোবু!

অঙাইবনি মহাকপু হেক ফংবগ দিক্ষা মন্ত্র পীগদবনি অশিব খণ্ডদে অচঙব খণ্ডদে, অসি তাকপিরম্লগ ইবুঙো লেঙখ্রে।

সারঙ্গনা ঠাকুর বাখন্দ অহিং তুম্লবদে। অমুক ওক্তা হৌরগ কনানো উম্লগদৌরিবসিবু মকম মমাং থংজ্রেদা হায়ন সারঙ্গ ঠাকুর গঙ্গা স্নান তৌবগ ঈশিং মন্নাদ নামজপ তৌহুন লৈখি। ইখঙ হেক খঙহৌদন গঙ্গাদ কবিগুম্ব অম তাওখরক্লুন মাগী মনাকলোএদ চঙ-শিল্লগ মাগী মতম্পাক্ত ভাখেংহনা অহুম লৈরম্মী। সারঙ্গদেবন য়েংউবদ নাহা মচা অশিব অম ওইরমই। নহা অহুগী মশক য়াম্ন ফজে, কুচু ঙোই, মসিবু কনাগী মচানোনে? সারঙ্গ ঠাকুরন মুখ য়েংলুবদ উপনয়ন তৌবতা ভায়রিব মক্কোকপ মথাখ নঙব অনৌব, তুলসী মালা শিরম্মী, মসি ব্রাহ্মণ মচা ওইব য়াই হায়ন সারঙ্গ ঠাকুরন লৌখংলগ মতম্পাক্ত পমলগ মসিবু কয়ম্ব তুরেন্দা তাওখহল্লকইবা? সারঙ্গ ঠাকুর অঙাং অহুবু য়েংলগ মাগী থম্মোইদ অশেংব মচা অমত্তম্ব খল্লহুন দিক্ষা মন্ত্র পীগে খল্লমই, অহুবু অঙাং অসিদি শিরে, ইবুঙোন তাকপীরম্মীনা অশিব খণ্ডদে অচঙব খণ্ডদে দিক্ষা মন্ত্র হেক্ত পীম্ব হায়ন। ইবুঙোগী য়াথং মতুংইন্ন লুকথরগ অশিব অঙাং অহুগী মনাকোংদ দশাক্ষর গোপাল মন্ত্র পীবিরে অঙকপনি মন্ত্রহেক পীবগ তপন তপন সারঙ্গ ঠাকুরগী মতম্পাক্ত মমিং পাঙথোক্লক্লে, সারঙ্গবু মখুংন নমহুন হৌগংলগ কয়লে। মাই অহুদ ঈরুরিব মী পুম্নমক তৌরিব মতৌ অহু ইওক ওক্ত য়েংনখি। মাইকৈ মরিমক্ত হরি ধ্বনি তৌরক্লে, অঙাং অহুবু নিংথিন কোল্লগ সারঙ্গঠাকুর মম্নমলোমদ চঙলক্লে।

অসোমদ শ্রীগৌরাঙ্গন অমুক্ত মাপী দলগ লোয়নন কীর্ত্তণ তৌহুন সারঙ্গ ঠাকুরগী অনৌব শিষ্য য়েংব লাকপিখি! প্রভুবু উবমক্তুদ সারঙ্গ চরন্দ খুরুমজরে; অহুগ অঙাং অহুবুসু চরন্দ খুরুমহল্লে। সারঙ্গন হায়রজখি, ইবুঙো অঙাং অহুবু আশির্ব্বাদ অমুক্ত পীবিয়ু; ইবুঙোন অঙাং অহুবু শ্রীহস্তন নানবিহুন আশির্ব্বাদ পীবিরগ হৃংবিখি নঙ, কনানো? নমিং করি কৌই? কদাইদ লৈ? নঙগী নমা নপা লৈব্রা? মতৌ করম অসিদ লাকই? নঙন খঙব মখে অমুক্ত হায়মু; ময়াম নবা তানিঙবন লোইরে। অঙাং অহুন ময়াম্বু খুরুমজবগ হায়জরকই; ঐগী ইমিংন মুরারী কৌই, সরভাঙাদ লৈজবনি, গোস্বামী বংশদ পোকপনি, অহিংদ ঐবু লিম চিক্লমই, ঐন জ্ঞান খাঙহুন লৈরিবৈদ ময়াম ঐবু শিরে খল্লহুন ভুরেন্দ থাদরকপনি। লিম চিক্লুন শিব মখে ঈশংদ থাদনৈ, পোংলোইনদে, মহুদগী অসুম অসুম তাওথরকপন মকম অসি য়ৌরক্লিবনি হায়ন খঞ্জে।

ইবুঙোন অমুক হংবিরকই নঙগী নপা নমাদি হিংলিব্রা? হোয় হিংলি, অহু ওইরবদি মখোয়ন যাম বারম্লগানি নয়ুমদ থিনবিরগে; ইবুঙোগী বা তাজরগ অঙাং অহুন খুমজৈ, ঐগী সুঙাইজদব হায়ববু ঙরাং অমুক্ত নগুণ থাংবনি মহুগীদমক খিঙং সুঙাইজদে, মখোইন ঐবু শি, শিদে য়েংবিদনু ভুরেন্দ থাদরকপ, অহুগী মথক্ত জগৎ স্বামী ইবুঙোন মখোয়গ তিমব লোয়রে খনবিহুন মনাইবু কৌবিরগ করিগীদমক ননাইবু য়ুমদ থিনবিগে তাকপিরিবা?

ননাই ঐহাক্তি মুমদা হজরবোহ গুরুগী চরণ সেবা তৌহুন লৈজরগে, মখোইগ ঐগ মরি অমত লৈনম্রে হায়ন সারঙ্গ ঠাকুরগী মখোং কোমগ কপ্পুন লৈম্রে ; ইবুঙোন অঙাংগী মতৌ অদু উকরগ চেংন কোনবিহুন জ্ঞান অপুম্ব পীবিরগ সারঙ্গ ঠাকুরগী মকমদা শিন্নখি। ঐন নঙোন্দ ঙরাং শিষ্য অম পীগে হায়ব শিষ্য অদু অসিনি, মহাকপু য়াম্ন লুন তৌবিম্ন হায়ন অঙাং অদুবু শিন্নবিরম্নগ ইবুঙো লেঙখরে।

. মমুমলোমদ পাও থাখিতুন মপা মমা অমসুং খুলগী মীয়ামগ লোয়নন লাক্কুন অঙকপ থোৌদোক অদুবু য়েংনখি। মখোই পুম্নমক সারঙ্গ ঠাকুবগী মকমনগী দিক্ষা তৌজরগ মমুম মমুমদ হন্নখি! সারঙ্গ ঠাকুর মুরারীবু শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্র দিক্ষা পীবিরগ গোপীনাথকী সেবা তৌহনখি। সারঙ্গ ঠাকুর মতম থরদং গোপীনাথকী সেবা তৌরম্নগ, মুরারী মফমদ গোপীনাথকী সেবা অপুম্ব শিংকম্নগ অন্তর্দ্ধান ওইখি মুরারীন গোপীনাথকী সেবা নিঙথিন তৌঙতুন জাম্নগরদ মপুক্স লেঙখি।



## ভক্তকশুবা ৱারী

# পাণ্ডারপুরগী বিট্ঠলনাথ

মহারাষ্ট্রগী ভীমা তুরেল মপান্দ লৈব পাণ্ডাপুর কৌব খুল অমদ পুণ্ডলীক হায়নবা কৌব ভক্ত বৈষ্ণব অময় লৈরম্মী। মহাক্ক মপা মমাবু থাজ্ঞেশেংব ভগবানর্মাক্ক খন্ন কিন, নিঙ্থাখন সেবা তৌজখি। মাগী থবক হায়ববু নিতিগী মবা মপা অনিমক্কী সেবা তৌবন মহাক্কী মথৌনি। মাগী ভক্তি অসি চাং য়েংবীগে হায়দুনা দ্বারকানাথ হবু-ঙোন পুণ্ডলীকী মময়দ লাকখি; পুণ্ডলীকপু কৌরগ পুণ্ডলীক ঐ নাহাক্কা উনদুনা ৱারি শানগে হায়দুনা দ্বারকাদগী লাকপনি। পুণ্ডলীক্ক খুমখি ঐগী উনবা মতম লৈতে, ইপা অমসুং ইমাগী সেবাদ ঐগী মতম শংদে, দ্বারকানাথন অমুক হায়রকুই, ঐ দ্বারকাদগী নঙতমু উনগে লাক্লিব দ্বারকাধীশ হায়ব অদুনি, নঙগ ৱারী শান্নবা মতম অমতদি পীয়ুদন! পুণ্ডলীকন খুমখি দ্বারকাদগী থংদে গোলোকগী থঙদে ঐহাক ইমা ইপাগী সেবাদ করি অমত শংদে; ৱারি শানশি হায়রগ ঐগী অশংবা মতম ঙাইদুনা লেপ্লুন অদুম লৈয়ু; ইবুঙোন হায়রকই কয়া কুইন ঙাইয়ু হায়বা? অয়ুক্কী থুংদাংবাইরম ফাওবগী ময়ুংদ ইমা অমসুং ইপাগী সেবা লোইরগ মথোই অনিবু পোথাহল্লব মচুংদ ঙাইহাক্তং শদনি।

দ্বারকাধীশন হায়রকই ফরে অদুদি ঐ ঙাইরগে ঐন ফমদুনা লৈনবা কালগুম অমতংদি পীয়ুদন! পুণ্ডলীকন চেক অনিথক পুথোক্লগ

মাঙ্গোল অসিদ মসিগী মথক্ত কমহুন লৈবা হায়ন চেক অনিশক পীরমলগ ইমুংদ চংজে। মমুংদ চংখিহুম মমা মপাবু ইকুজবিরে, চাক পীজরে, চাক চাবগী লুথাক চঙুম শেংলগ পাত্রশিং মাজ'ন তৌরব মতুংদ মপা মমাবু পোথানবা থোরাং তৌখিরে।

পুণ্ডলীক ছুটি ওইরক্লব মতমদ অসাই দ্বারকাধীশক হায়নখিব বা অহু নিঙশিংলক্তুন মমা মপাগী মকমদ হায়রকই, দ্বারকাধীশন অসাই অমুক্তগী ঐগ উম্রহুন বারি শাগনি হায়হুন মপান্দ ভাইহুন লৈরি অহুবু হৌজিকপু লৈরমখিগত্রা চংলমলগত্র খঙদে।

মচাগী বাহু তাবদ মপা মমান ইঙক ঙক্ল হায়রকই, করিনো নঙন হায়রিব অহুবো দ্বারকাধীশ লাংই হায়ব? অং অসাই অমুক্তগী ঐগ উম্রহুন বারি অমত শারগনি হায়হুন মপান্দ ভাইহুন লৈহৌরি? অহুদি কদাইদনো? মাঙ্গোলদ চেক অনিশক পীরগ মহুদ কমহুন ঙাইহু হায়হুন থনম্বনি, হৌজিকপু লৈরমখিগত্রা চংলমলগত্র খঙদে।

মপান হায়রকই অসাই মশৈদি ঐখোয়দ কবিগী হায়দে; কদৌঙৈ হায়গনি, অমুক নখোয়ন ঐবু কোরকপ মতম অহুদ ঐগ মাগ বা ভংতনরি, নখোইন কৌরকপ অহুদ ঐন চেক অনিশক পীরগ মসিদ কম্মমঙ হায়হুন শিন্নরম্রগ হমুংলোমদ চঙলকপনি হৌজিকপু লৈরমখিগত্র চংলমলত্র খঙদে। মচাগী বাহু তাবদ মপা মমা অনিন মচাবু পুরগ য়াম্ন থুন মপাললোমদ

থোরক্লুরম য়েংবদ পাম্বোম মরি পানব শঙ্খ চক্র গদা, পদ্ম পাইদুনা চেক মথক অহুদ লেপতুনা লৈব থেংনখি ; মপা মমা অনিরুদ্ধ ইবুঙোগী চরণবু খোঙজগ ভক্তি কংচখি ; দ্বারকাধীশন মপা মমা অনিরুদ্ধপু আশির্ব্বাদ পীবিরম্লগ অন্তর্দ্ধান ওইখিবি।

অসোমদ, দ্বারকাদ পূজারীশিংন ভোগকীদনক থোং হাং-দোক্লুরন য়েংনক্লবদ মন্দির মনুংদ দ্বারকাধীশ্ লৈরমদব উবদ ময়াম্ন মায় বান কদোমদ লেঙ্গ্রবনো হায়ন কোয়থি থিনখি। ওস্লোকপানি ইবুঙোগী লীলা, ভাইহাক লৈবগ পুত্তলীকী লীলা লোয়রব মতুংদ অমুক হম্ন মন্দির মনুংদা লেঙশিল্লুন লৈখিবি। ময়াম্ন বান থিনরব মতুংদ সেবায়ীশিংন ইবুঙোবু অমুক হম্ন মন্দির মনুংদ উব ফংজখি।

পাণ্ডারপুরগী মী পুম্নমক্ল চেক মথক্ত তারিব ইবুঙোগী চরণ চিহ্ন অহুমু উব ফংজবদ মথাই য়াম্ন নুংঙাইনখি। হুমিং অহুদগী হৌদুনা লৈবাক মীয়াম তাম্নহুন পাম্বোম মরি পানব শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম পায়ব ইবুঙোগী প্রতিমা অমা নিরূপণ তৌজবগ অভিষেক লিংথিন তৌদুনা, চেক মথক্ত তারিব ইবুঙোগী চরণচিহ্ন অহুগ লোয়নন মন্দির অমদ নিংথিজন সেবা চংপ হৌখি। মখোয়গী লোনদ চেকপু "বিট" হায়ন কৌই, "বিট্" মথক্ত কম্নমই হায়বগীদমক ইবুঙোগী নামবু "বিটঠলনাথ" হায়ন খোঙজখি। ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য মহাপ্রভুন ময়াম্নুংগী থোঙ্নুগ লীব পাণ্ডারপুরদ লেঙব মতমদ

দর্শন তৌখিরম্মী। মায়কি অসি শ্রীরঘুনাথ ভট্টন মতুম থাদোক্লুন নীলাচলদ ইবুঙোবু উম্নব লাকপ মতমদ ইবুঙোগী কণ্ঠমালা অম শীবিরম মায়কি অসি নিঙথিন লৌখিরম, নহুমদ হল্লগ নপা নমাগী সেবা মতোল লোয় তৌরুবো হয়েং মথোইন পোকাঙ্গুর ওইরব মতুংদ ঐন নঙবু শোয়দন কৌরকনি হায়ন থেমহুন মহুমদ থাবিখি।

অতুগ অস্মস্ম তাকপিখি :—

> পিতা মাতার সেবাই মহৎ আদর্শ ; রাম, কৃষ্ণ, গৌরাঙ্গ সবই এই পথের পথিক। —চৈতন্য রত্নাবলী

> মাতৃভক্তগণের প্রভু হন শিরোমণি।
> সন্ন্যাস করিয়া সদা সেবেন জননী ॥
> —চৈতন্য রত্নাবলী।

ইমা ইপাগী সেবা তৌব হায়বসি মীওইন পোকপশিংগী তৌদব য়াত্রব মথৌ অমনি। রাম, কৃষ্ণ, গৌরাঙ্গ হায়তুন অবতার তৌরিব ঐখোয় অশিন্তু লম্বী অতুগী লম্বেল চৎপ অমনি।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু হায়ব অসি মমানিঙবশিংগী কোকথক্কী মণিনি। লম্বোইবব ফাওবদ নীলাচলদ লৈন লৈন মমাগী সেবা তৌরি। মমা মপাগী সেবা নিঙথিন তৌজরিব ভক্তশিংগী মফমদ ভগবান পেনবিহুন মতম খুদিঙমক্ত থোজালবি, ভক্ত পুণ্ডলীকনা মপা মমাবু মিৎন উব লায়মক্কি থম সেবা তৌজবদগী মুক্ত ওইখি।

———

## তরেৎশুবা ৱারী

# শ্রীবৃন্দাবনগী রাধারাণী প্রতিষ্ঠা

তথাহি সাধন দীপিকা ৬।৬—১৮

মমাঙতৈদ দক্ষিণাত্যগী রাধানগর কৌব খুল অমদ বৃহদ্ভানু কৌব ব্রাহ্মণ ব্রহ্মচারী অম লৈরম্মী। মহাক্না ইবেম্মা রাধারাণীবু মতম পুম্নমক মচানুপী অমগী প্রেমদ নিঙজখি। ইবেম্মন মনাইগী নিঙজব থুংহনবিগে খল্লদুনা নোংম মমতদ ইবেম্মন স্বয়ং প্রকাশ তৌবিরম তাকপিখি। নঙ,ন ঐবু তম্ভন নচানুপী অমগী প্রেমদ সেবা তৌজনিঙব অদু থুংজরো, ঐগী বিগ্রহ মূর্ত্তি অমা নিরূপণ তৌরো, অদুগা ঐদি বৃন্দাবনদ লৈমনি বৃন্দাবনদগী লাক্লগা নঙগী মূর্ত্তি অদুদ চঙদুনা লৈগে হায়না তাকপিরম্লগা ইবেম্মা অন্তর্দ্ধান ওইখি।

নোংঙাল্লগ ব্রাহ্মণ মপুক্নিং য়াম্না হরাওনা ভাস্কর কৌরগ মজ্ঞ. নিঙথিনা তৌদুনা ইবেম্মগী প্রতিমা অম নিরূপণ তৌজরগ অভিষেক নিঙথিন তৌদুনা ইবেম্মগী সেবা নিঙথিন তৌজব হৌখি।

মতম খরদং বাসলা প্রেমদ ইবেম্মবু সেবা নিঙথিন তৌজ-মম্লগ ব্রাহ্মণ অন্তর্দ্ধান ওইপ্রে। ব্রাহ্মন লৈখিদ্রব মতুংদ খুলগী মীশিংনা মতম খরদং সেবা তৌরম্মী, অদুদ ইবেম্মন পেন্দ্রদুনা উৎকলগী

নিংথৌ প্রতাপরুদ্রগী মমঙ্‌দ ইবেম্মন তাক্লপিখি, ঐবু নহাক্ন মকম অহুদ পুরগ সেবা থর তৌবিয় হায়রমই। নোংঙাল্লগ প্রতাপরুদ্রন ইবেম্মবু পুরক্লগ জগবন্ধুগী চক্রবেড়দ থমহুন সেবা তৌহনখি। সেবারীশিংনে ইবেম্মবু খঙদহুন লক্ষ্মীগী মণ্ডদ সেবা তৌরম্মী। ইবেম্মন মহুদ য়াম্ন পেল্লমদে, অহুমওইনমক পেম্ম পেন্দন মতম খরদং মকম অহুদ লেল্লমই। শ্রীরূপ গোস্বামীন বৃন্দাবনদ শ্রীগোবিন্দ অবিষ্কার হেক তৌবগ নোংম ইবেম্মন উৎকল নিংথৌমচা পুরুষোত্তমগী মমঙ্‌দ তাকপিখি। হৌজিক্তি ঐগী ইবুঙো ব্রজরাজ নন্দনন্দননা বৃন্দাবনদ প্রকট ওইরবনিন ঐবু নঙ্‌ন গদাধরগী শিষ্য অনি নেক্লগা বৃন্দাবনদ ইবুঙোগী নাক্ত থর থিনবিয় হায়ন তাকপিখি পুরুষোত্তমন নোং হেক শ্তানবগ গদাধরগী শিষ্য অনি নেক্লগ ইবেম্বু বৃন্দাবনদ পুরক্লগ ইবুঙোগী ওয়রোম থংবদ নিঙখিজন ভাস্থোইখি। মতৌ অসুমন শ্রীবৃন্দাবনদ শ্রীরাধারাণী মূর্ত্তি স্থাপন তৌখি।

ইবেম্ম রাধারাণী প্রতিষ্ঠাগী বারীদি অগাথনি, ভক্তিরত্নাকরদ কজন ইহুন লৈ। গ্রন্থ বাহুল্য কিজবদগী সাধনদীপিকাদ য়াওব মরুওইব থরদং পীজরিব অসিনি।



## নিপানশুবা বারী

# শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়

শকাব্দ ১৪৩৫ দ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা জন্মভূমি দর্শনবীদনক লেঙলকপ মতমদ বাঙ্গলাদেশকী মকম অতৈদম্ব সঙ্কীর্তন তৌহন মকম খুদিঙদ উদ্ধার তৌবিরম্মী। রামকেলীদ লাক্লগ নাম কীর্তন তৌহন লৈবিথি মতম অমুদ শ্রীরূপ সনাতন মচিনমনাওশু কৃপা পীবিরম্মী। মতুংদ গড়ের হাটত অচৌব হরিনাম কীর্তন তৌবিরগ নরোত্তমবু কৌখোকপিরম্মী। শ্রীগৌরাঙ্গগী প্রেম ভুঙনকমদি শ্রীনিত্যানন্দনি, ইবুঙো মহাক্কুং নিত্যানন্দগ তাররগ লেমহৌরিব শরুক বাঙ্গলাদেশ অমসুং মকম অতৈ . অতৈদম্ব হরিনাম প্রচার, প্রেম ভক্তি তম্বিনবীদমক নিত্যানন্দগী অংশদগী প্রেমগী শরুক পদ্মাদ শিন্নবিরগ নরোত্তমবু কৌখোকপিরম্বনি নরোত্তম- নিত্যানন্দগী স্বরূপনি।

কৃষ্ণানন্দ দত্ত হায়বা অসি খেতরী রাজ্যগী নিংথৌ ওইরম্মী। মাগী ঔরবতগী নারায়ণীগী গর্ভদ শকাব্দ ১৪৫৩ মাঘ পূর্ণিমা নুমিত্ত নরোত্তম পোকই, মপা মমান য়াম্না চাম তৌবন মমিং নকু হায়না কৌরম্মী। মোংম নোংমগী চাউথংলকপুন চউবা মতও -য়ৌরক্লে. নোংম খুৎলো মেংবা হৈব পাঞ্জি অম লাক্কুন অঙাং মহুগী মওং মতৌ মগুণ মেংলগ মমিং নরোত্তম

"মী খায়বগী খোইদোক হেন্দোকপ" হায়না খোল্লম্মী। চহিশু মতুংদা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব ময়াম্ব চাক পীজরগ অতম্ব থান তৌরম্মী, মতুংদা অমুদ পাঞ্জি অর্জুন থাওরম্মী। চাক ইনখিব মতম য়োরকপ্‌না চাক ইনবিব মতমদা কবিরাজনা পোং অমত ময়াদ তাও হায়রক লাকখরে, কৃষ্ণানন্দ দত্ত অমসুং নারায়ণী দেবী মচাগী মতো অমু উকুরগ থাখিবনা বা তাঙ্গবা খোকলমখে। পাঞ্জি অমুন হায়রকই— খোইন খাখিগমু করিস্থ তৌরোই, শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদি নৈবেদ্য থরদং খৌরাং তৌখিবু, মতু পীজরগ খোরদনা চাজগনি। কৃষ্ণানন্দ থুদক অমুমক্তদ শ্রীবিষ্ণুচক্রদ নৈবেদ্য থম্ব কংচরে, অদুগ প্রসাদি মতু ইনখিব মতমদ খোয়না চাখিবম্মী। কৃষ্ণানন্দ হুরাওবনা পাঞ্জি অমবু মনা চাওনা পীখি, অদুগ হায়রম্মী মহাপ্রসাদি নৎতনা অতাং অসিদ কবিরাজনা পোং অমত পীজরোইদবনি মতুংদা অমুদগী হৌন মহাক্কী হাম সেবা তৌজরিব শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহ অমুদ কংলগ প্রসাদি অমুন নিত্তিগী পীজরম্মী।

চূড়াকরণ মতম য়োরকপ্‌না চূড়াকরণ তৌরগ ব্যাকরণ তমহনখি, থর খিতং তম্বিবদ লোয়না খওখি। মচাগী মওং মতৌ হায়রবদি মতম খুদমক্ত বৈরাগ্যগী ভাবতদ লৈব অমুদ চহি তর হুমদোই চঞ্চলকপদ উপনয়নচিংব পাঙ্খোক্লে; উপনয়ন তৌরব মতুংদ পাঞ্জি গণক তাসরগ য়াম্ব থুন লুহোংখিরগ রাজ্য অমুগী নিংথৌগী থবক শিন্নরপে থম্লহুন লুহোংনবগীদমক খোরাং তৌব হৌখি।

অহিং অঙ্গী মমঙদ নিত্যানন্দন লাক্লগ নরোত্তম নঙ্. হৌজিক কাওব করি তৌহুন লৈরি ? হয়েং নোং ঙানবগ পদ্মা স্নান তৌব চংলু পদ্মাগী মফমদ নঙগী প্রেম শিন্নহুন থনম্বনি, করিগুম্ব নুহোংগ্রবদি মাঙব ত'রে হায়ন তাঁকপিরম্মী। নোং ঙানবগ নরোত্তম পদ্মা স্নান তৌনবগীদমক পদ্মাদ কুম-থরকই। নরোত্তমন হেক পোকউবদ পদ্মা ইথঙ থঙহৌদব ঈহৌরক্লে অমসুং প্রভুগী বাক্য নিঙশিঙলক্লুন পদ্ম মুর্ত্তি ওয়ন থোরক্লুন নরোত্তমগী মথুং শমহুন পুথরগ প্রেম অহু শিন্নখিরে প্রেম অহু হেক ফংবগ নবোত্তমগী কুচু তৌরোক তৌথোকখি, পদ্মা হয়োওবন মাগী হান্নগী চাংদগী হেন্ন কন্ন ঈহৌরক্লুন মপান্দ তাব থুল অপুম্ব পুমথুম থুমখি।

নরোত্তম প্রেম বিকারন ঙাওবহুন চোং চোংহুন জগোই শারকখি, হাঃ গৌর, হাঃ নিত্যাই হায়ন- হরিনাম শোঞ্জ শোঞ্জহুন মীশক মিশা থঙদন ঙাওহুন চৈনখি। মপা মমান মচাবু মশক থঙত্রহুন মচা মাঙগ্রে হায়না কোইখি থিরম্মী। য়াম্ম খিরব মতুংদ থেংনরহুন মখুম তাম্ম পুশিনখি, অমসুং ভুত চঙ্.হুন ঙাওরবনি হায়হুন মাইব ময়াম কৌহুন অঙাওবগী লাইয়েং য়েংহুন লৈখি, ফন হোংনহুনসু করি অমত কাম্মমদে। জ্ঞান তারক্লব মতমদ নরোত্তমন হায়খি নথোয়ন তৌরিবশিং অসিন করি অমত ফব ঙম্মোয়, পদ্মা স্নান তৌরুবদ

অত্তৌব নিপামচা অম ঐঙ্গী থম্মোই মহুংদ চঙখি, অহুদগী ঐঙ্গী কুচু অসিমু তৌথোকরিবনি অহুগ লোয়নন খোঙগী খিকায় অসি তৌরকইবনি. ঐঙ্গী খিকায় অসিদি বৃন্দাবনদ চংলবতম ফগনি হায়খি, কৃষ্ণানন্দ চংনরহুন মচাবু মী থমহুন য়ায় কম শঙখি. থর ফরহুদ য়ায় সুভায়ন লৈনরে. অহুমী মহুংদ 'নোংম ইথঙ থঙহৌদন অহিং অমদ বৃন্দাবনলোমদ চেনখিরম্মী, মপান মায়কৈ মায়কৈ থুদিংগী শেপ পীরগ মচাবু কানবগী মী ওয়াখি। তৌইগুমহুং থিব ফংখিদে।

জঙ্গলদ খোঙন চেনবদগী চাব থকপনচিংব করি অমত ফংলমদে. সুমিং নিনি হমনিগী মহুংদ থুঙং ফংলগ থর চাহুন থেল্লকখি। মতৌ অমুম সুমিং তরানিরোম শুবকপ মতমদদি চাদবগী বাবগ খোঙন চংপগী বাবগা অনি পামহুন মশা চোকথরক্তন ঊথোং অমদ তাক্তন লৈব্রে, অহুগ মথোং অহুমু ময় থীন পোকথোকপদগী চংপ গুপত্রহুন ঊথোং অমদ জ্ঞান মাঙহুন তাহুন লৈখি। মতম অহুদ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুন বাথোন অম শাহুন শঙ্গোম চক্ষু অম পুবিরকখি, নরোত্তম শঙ্গোম অসি থকউ হায়বিরম্মী, তৌইগুম্সুং বামনখিবনে মথোং পোক-থোকপগী নাবনে অহুন তাখিবদগী ছুমথখিহুন করি অমত থঙখিদে। ইমুঙোন মাথং পীহুন শ্রীরূপ সনাতন অনিন মমঙদ লাক্লগ মশা অপুম্ব নানবিহুন হায়খিখি, হৌপংলো নরোত্তম

ইবুঙো শ্রীচৈতন্যপ্রভুন নওদ্বীপদগী শঙ্গোম পুখিরক্লি। ঐখোয় অনি অসিন শ্রীরূপ সনাতন হায়ব অহুনি, ইবুঙোন চংন্নু হায়ুন লাকপনি হায়ন কোনথংপিরম্মী। প্রভুন নওদ্বীপদগী শঙ্গোম পুখিরকই শঙ্গোম অসি থকউ নংগী মখোংপোম্ব, অমাম অরাম্ব খোরাংব লোয়ন কোকনি হায়রিবম্মী। নরোত্তম মমও অহুদ গোস্বামী অনিগী চরন্দ কোম্নুন কপ্পুন থৈথি মখোয় অনিন আশির্ব্বাদ পীবিরমলগ অন্তর্দ্ধান ওইখি। নরোত্তম মিংকপ থোক্তুন ভাইহাক প্রেম তৌহুন লৈরুরগ ইবুঙোন পুখিরকপ শঙ্গোম অহু থকচরে; শঙ্গোম অহু থকপদগী মহাকী অমাম, অনাম মখোও পোম্বস্ব পুম্নমক লোয়ন কোকখিরম্মী।

ইবুঙোন লম্বোইব মওাখক থাবীরক্তুন মখোইগ লোয়নন কৃষ্ণ কথা আলাপ তৌন তৌন চত্তুন কাশীদ থুংখি; কাশীদ চন্দ্রশেখর ভবন্দ থিনবিরম্লগ লম্বোইবশিং অমু চংপ্রে। চন্দ্রশেখর ভবন্দা ব্রাহ্মন হম্নুব অমন সেবা তৌহুন লৈরম্মী, মকম অহুদ মুমিং নিনি হমনি লৈহুন ইবুঙোন লেওখিরব মফমশিং দর্শন তৌজরে অমসুং গঙ্গাস্নাননচিংব তৌজরগ মথুরাদোএদ চংলকখি, মথুরাদগী বিশ্রামঘাটত থুংলগ যমুনা স্নান তৌজরগ পোথাহুন লৈখি। অহিং অহুদ শ্রীরূপ সনাতনন শ্রীজীবগী মমওব লাক্লগ হায়খি— হে জীব! গড়ের হাটত লৈব রাজকুমার নরোত্তম বিশ্রামঘাটত লৈরে নওন মী থাহুন য়াম্ম থুন থাদু

লৌখিক অদুগ নিঙথিন পীজ পীথক তৌবিরগ লোকনাথ গোস্বামীগী মফমদ নিঙথিন শিন্নৌ হায়ন তাকপিখি।

শ্রীজীব গুরুগী য়াথং মতুংইন্না থাদুনা বিশ্রাম ঘাটতগী নরোত্তমবু ওকপিরগ শ্রীজীবগী আশ্রমদ পুবিরকখি, নরোত্তম শ্রীজীববু উবমক্তা দণ্ডবৎ তৌবা চরনদ কোঞ্চগা কপ্পুনা লৈখি, শ্রীজীব নরোত্তমবু কোনথংপীরগ স্নাননচিংবা তৌহনগ আশ্রমদ বিশ্রাম তৌহনা লৈহনখি। সন্ধ্যা য়াচংবা মতমদ শ্রীগোবিন্দগী সন্ধ্যা আরতি দর্শন তৌহল্লে, অদুগ শ্রীগোবিন্দগী প্রসাদ চংহনখি। নরোত্তম বৃন্দাবনদ থুংলয়ে হায়বগী পাউ অসি বৃন্দাবনগী মফম থুমিঙথক্তা শন্দোকখি। শ্রীজীবন নরোত্তমবু পুরগ লোকনাথ গোস্বামীগী মফমদ শিন্নখি, নরোত্তম গুরুদেববু থুকমন্নরগ গুরুগী চরণ অনিমক কোঞ্জরগ প্রাণ, ধন, আত্মা সমর্পণ তৌজখি, লোকনাথন নরোত্তমবু কোনথংশিনগ আশির্ব্বাদ পীবিখি। শ্রীজীবন হায়খি। য়াম্না থুনা নরোত্তমগী মনাকোংদ হরিনাম মহামন্ত্র পীবিরো, বৃন্দাবন অসিদি কালাকাল হায়বা লৈতে হায়না লোকনাথকী মফমদ হায়জখি।

লোকনাথ নরোত্তমগী মনাকোংদ হরিনাম মহামন্ত্র "হরেকৃষ্ণ হরেকৃষ্ণ" হায়বা তাকপিরে অদুগ হায়জখি চহি অমদি হরিনাম অভ্যাস তৌদুনা শাস্ত্র অধ্যয়ন তৌহল্লগ থম্মিগো। শ্রীজীবন

শ্রীনিবাসক খুঙনহল্লগ নরোত্তমবু শ্রীনিবাসক লোয়ন শাস্ত্র অপুম্বা অমসুং ভক্তিগী আধ্যা সাধন নিঙথিনা তম্বিখি। নরোত্তম নিত্তিগী গুরু সেবা তৌব চংলি, গুরুগী পাত্র মার্জন তৌই। গুরুগী চরনবু নিত্তিগী পায়রুনা থুরুমজে, অমুক অঙনবদ কনা খরহন্দন অমাংশং শেংদোকই অহুগ মাংব শেংনব ঈশিং খুং নোইরোক্কব লৈবাক কন্নন থন্নই। মতো অসুম চহি অম ফাজিন্নক্লে, লোকনাথন খল্লি অসিগুম্বা থবক অসিবু তন্নবা তৌরিব অসিবু কনাননো? মীওোন্দ হংলুবসু হংবোই অসি অমুক্তা খঙদব মাত্রে হায়রুন নোংমদি নোঙানগদব মও ভরুব মাংলিংদৈদ হৌগংলগ লোকনাথন অমাংশং চঙলকপদ গুবজিং অম কৌরকুন নরোত্তম লেপ্লুরে লৈরম্বে, নরোত্তমন গুরুবু উবদ চৎশিন্নগ চমথা থুরুমজে; লোকনাথন হংখি রাজকুমার অসিগুম থবক অসি নওন তন্নন তৌরক্লিমোইরে।

হুমিং অহুগী ঈশিং, খুংশেংদোক্কব লৈবাক গুরুগী মকমদ পীররে। লোকনাথনী হুংগুম্বা কন্নব থম্মোয় অহু লেংথক্লিরম্মী। রাজকুমার স্নান নিংথিন তৌথোকউরো অহুগ ঐগী ইনাক্তা লাকউ হায়ন থাকপিখি নরোত্তমন স্নান তোজরগ লোকনাথকী মনাক্তা লাক্লে। লোকনাথন হায়খি রাজকুমার সকল্প অমত্তংদি তৌ পুহিচুম ব্রহ্মচার্য্য, ইন্দ্রিয় সংযম, অমিষ ভোজন তৌরোই হায়ন; নরোত্তমন থুমজে গুরুদেব ভাকপিরিব পুরমক অহুদি হায়দগী হৌন ভাকচরক্লবনি অহুবু ভাকপিরিব মতুং ইন্ন পুরমক

থাদোকচরে হায়না সকল্প তৌজরি। লোকনাথনা হায়খি ঐগী ওয়াথংবা য়োমদ কন্ন হায়না মনাক্ত কমহল্লগ পিকা মম্ম পীবিরে অদুগ হায়রকই, ঐদি পূর্হিচুন্ন শিগ্ত অমত থম্মরোই হায়না সকল্প তৌবনি, অদুবু রাজকুমার নগী 'ভক্তি, ব্যবহার, সেবা অসিদ লোকনাথ ঐগী সকল্প থুগাইরে অদুগ নগুম্ব শিগ্ত অম ফংজবদি লোকনাথ ঐগী লেমজনবগী মশক্তি হায়না চরণ অনিমক্ত মকোক্ত হাপ্পিরগ আশির্ব্বাদ পীবিখি মতম পূম্বমক্ত শ্রীকৃষ্ণন নগী নকমদা কৃপা পীবিব ওইসন্ন।

নোংম শ্রীকুণ্ড মপান্দ অহিং চুম্মনই ইবেম্মন মমঙ্গ লাক্লগ নরোত্তম হৌগংলো নগী কুঞ্জদি চম্পকলতাগী কুঞ্জনি, চম্পকলাগী থবক্তি নিতিগী মধ্যাহ্ন মতমদ শঙ্গোম তৌরগ ইবুঙোদ কীর কংপ অসিনি, ওসিদগী নগী নমিং চম্পক মঞ্জুরী থোল্লবনি, নগী থবক্তি শ্রীকুণ্ড মপান্দ মধ্যাহ্ন মতমদ শঙ্গোম তৌরগ ইবুঙোদ কংকদবনি, হয়েংলগী হৌহন শ্রীকুণ্ড মপান্দ শঙ্গোম তৌরগ ইবুঙোদ কংলো, অদুগ গুরুগী মকমদ চংলো গুরু কৃপা নংঙনদি পূম্বমক, অসি ফংব ঙমলোই হায়রম্নগ অন্তর্দ্ধান ওইরে। নরোত্তম থিংবগ থোক্লগ ইবেম্মবু হম্ম হম্ম কৌজরগ নোংঙাম্বা কাওব কগুন লেজখি।

নোংঙাল্লগ ইবেম্মগী মাথং মচুং ইম্ম শ্রীকুণ্ড মপান্দ মধ্যাহ্ন মতমদ ইবুঙো ইবেম্মগী জলকেলী লীলা য়েংনে য়েংনা মানসিক্ত শঙ্গোম তৌরম্মী। মতম অদুদ লীগী অশাব বৈশাখ শঙ্গোম

অদু পাখংলকখি করম তৌনিংগে হায়না তৌফম থঙজহুন মথুং অনিন থঙ্গোম অদু পাথদনম ঙাকচখি, ঙাইহাক লৈবগ থজোম অদু থাংবৈরগ থৈহনবুম থমলগা ইথুচো ঈকেম্মনী মফমদ কংতখি । থাহজান লাক্লব মতমদগি মথুং অদু মৈন পোকুন পোমথং-লমদে ; ঐন লৈবাদ করি অকায়বা লৈরবনো হায়না মখাই মায় থান মথুং অদু ফী অমম য়েংশিনগ শ্রীজীব গোস্বামীগী মফমদ মরোল অপূর্ব তমজখি ; শ্রীজীব মহুতাইমনগ্রহুন নরোত্তমবু চেংনা অনিমক তৌবিরগ হায়খি ; ইবেমন সাক্ষাৎ কৃপা তৌবীহুন মতৃগী মচী ভাকপীরমে, মতৃগী জন্ম অতাওবনি । মতৃগী মানসিক ভজন অনিমদি জগৎনা ফংবা ওমজব অতাওবনি মবম অদুন ওনিদগী হৌদুন মতৃগী নমিং ঠাকুর মহাশয় কায়না থোক্লবনি ; মতো অদুম বৃন্দাবনগী ভক্ত গোস্বামীশিংগী মফমদ থওইনখি ।

বৃন্দাবনদগী গোস্বামী ময়ামনা গৌড়দেশত ভক্তিগ্রন্থ পুথোক্লবগীদমক গ্রন্থপূজা তৌদুনা উৎসব য়ামনা চাওনা কংলগ শ্রীজীব গোস্বামীনা শিন্দুনা যণ গাড়ি অনিদা উপু অমমম হাপ-চিনগ ঙাকশেনবা থওলাই পায়বা মী ভরামতাগ গাড়িবালা অনিগ লম্বেলগী চওগদবা থরচ পুমনমক পীদুনা শ্রীনিবাস আচার্য্য, ঠাকুর মহাশয়, শ্যামানন্দ মথোয় অহুমদা পাওতাক নিংথিনা পীরগ ভক্তি গ্রন্থ উপু অনিমক গৌড়দেশ তায় পুথোকখি । গৌরদেশ য়োৎমদাইদ জঙ্গল অম লাক্লমই অহুগ বনবিষ্ণুপুরদ

থুংখি। বনবিষ্ণুপুরদ বীরহাম্বির কৌব থাকুরী নিংথৌ অম পাল্লমই, মহাক্না মবক্তি নম্বেল চংপশিংগী অয়াওব মমল য়াম্লব সনা, লুপা, লুট তৌবন মহাক্না মথৌনি। মহাক্না হাটগণিকা অনিথক লৈরম্মী মথোক্তৈন য়েংবদ মণিমুক্তান থল্লব ষণগাড়ি অনিথক লাক্লে হায়ন পাও পীরম্মী। নিংথৌন হংলকই মী কয়া য়াম্ন লোয়নরকই; 'খুৎলাই পায়ব মী তরামন্না খুক্তনি, অছুবি নোংমৈ পায়ব মী চাম চৎলো হায়ন থাখি, পোৎত মুন্নগ পুরকউ মী অমত্তগী মখ্রাই মাঙহনবদি য়াদে হায়খি।

মতম অছুদ বৈষ্ণবশিং অছুবি হরিনাম কীর্ত্তন তৌদুন য়াম্ন হুৎহৈন লৈরম্মী, ময়াম অছুন হাংলু হাংলু হায়ন নোংমৈ কাপশিল্লকখি অছুগ ষণ গাড়ি অনিছু মুন্নগ পুম্রে। মথোয়নং হাঃ গৌরাঙ্গ হাঃ নিত্যানন্দ ঐখোয়বু লম্বীদ হৌ অছুম খুদোং থীহল্লিবনি করিগীনো হায়ন ময়াম তেংথাদুন কপ্লখি। নোংঙাম্লগ চেকলম তৌদুন বৃন্দাবনদ চিঠি অম থাখি, বনবিষ্ণুপুরদ লাইরিক লোইদ্রা লুট তৌরে হায়না; চিঠি অদুবদ বৃন্দাবনগী বৈষ্ণব খুদিংমক য়াম্না লৈমায়দ তাম্লখি।

শ্রীনিবাসন হায়খি—ঐগী থবাইন লৈরিবমখৈ লাইরিকশিং অনিগী খোঙ্গুল থীরকখিগে; নখোয়দি নম্মম হল্লগ তৌগদব নখৌ পাংথোকউরো হায়ন নরোত্তমবু; শ্যামানন্দ মথোয় অনিবু মমুদ হলহনখি।

নরোত্তম মহুমগ থুংলরে কৃষ্ণানন্দ দত্ত মমহুং নারায়না দেবী মুংঙাইবনী ওমথৈ লৈখিরে। নরোত্তম নবদ্বীপ্ত চংদুনা ইমুংগী জন্মভূমি দর্শণ তৌজরে অদুদগী খড়দহ, গুপ্তাকুল, শান্তিপুর মফম খুদিংমক দর্শণ তৌজরগ মহুমদ হল্লকুন লৈখি। মহুমদ লৈব মতমদ রাধাল মণ্ডল মওদ ধন্দুন লৈরম্বা করিগুম বিগ্রহ মূর্ত্তি অমতং ফংজদুন মহুগী সেবা তৌদুন লৈজরবদি ঐগী পুম্থি অসি লেনম য়াগনি হায়না তত্তনা থজদি; শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুন মমতদ সাক্ষ্যাৎ দর্শণ পীবিরগ তাকপিখি, নরোত্তম! নখোইগী খুল লোমবদ বিপ্রদাস কৌবা ব্রাহ্মণ ইনাকখুনবা অম লৈরিব অদুগী ফৌগৈদ কৌ মরক্ত মঙতদু ঙাইদুনা লৈরকপ য়াম্না কুইরবনি কৌ মরক্ত লৈবদগী ঐগী হকচাং অসি ফৌন মুদুন মখুল ঙাক্ত ঙায়রে হয়েং নোং ঙানবগ ঐবু লৌথোক্লগ নঙন হায়রব সেবা অদু তৌজরো হায়না তাকপীরম্লগ অন্তর্দ্ধান ওইখি।

নরোত্তম মিংকপ থংথোক থোক্লগ নোংঙানব কাওব প্রেম তৌদুন লেনখি। নোংঙাল্লগ স্নান নিওখিন তৌজরগ বিপ্রদাসকী য়ুমদ চংলগ হায়রখি; নঙগী ফৌগৈ অসিদ করিগুম অম লৈরে মদি অমুক্ত য়েংঙগে হায়না ফৌগৈরোমদ চঙশিনকখি, বিপ্রদাসনা হায়জখি, ইবুঙো কৈ অদোমদ চঙবিরুগদু কৈ অদুদ চাওরব লিন অম লৈদুনা চঙব য়াদত্তনা লৈরকপ য়াম্না কুইরবনি।

নরোত্তম বিপ্রদাসকী মহা তাদনা কৈ অহুদ কাবংদগ য়েংলুবদ প্রিয়াগ লোয়নন গৌরাঙ্গ প্রভু থাতুগী বিগ্রহ ওইনা লৈরম্মে বিগ্রহ অহুবু পুখোক্লগ অমুক হন্না অভিষেক তৌহুনা হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন য়াম্না চাওনা তৌরগ সেবা চংপ হৌখি। মতুংদা বিপ্রদাস বলরামদাস অনিবু দীক্ষা পীবিখি। বলরামদাসনা পুজারী ওইহুনা ঠাকুর সেবা নিঙথিনা পুজখি।

থর লৈরগ নরোত্তমগী মমতদ তাকপিখি, শ্রীকৃষ্ণপ্রতিমা প্রিয়াগ লোয়ননা বিগ্রহ মতাংথক রাম্নং থুনা নিরূপণ তৌরো, নরোত্তমনা শ্রীনিবাস আচার্য্য অমসুং জাহ্নবা ঠাকুরাণী অনিবু কৌরগ মূর্ত্তি মতা অহুমক নিরূপণ তৌহনখি। শ্রীবল্লভীকান্ত, শ্রীব্রজমোহন, শ্রীকৃষ্ণ; শ্রীরাধাকান্ত; শ্রীরাধারমন মতা অসী প্রতিষ্ঠা তৌরগ অভিষেক নিঙথিনা তৌহনা গৌরপূর্ণিমা নুমিত্ত মহা হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন উৎসব তৌখী। সঙ্কীর্ত্তন অসুদ লাইগ মীগ লোয়নন জগোয় শাখী, সঙ্কীর্ত্তন লোইরব মতুংদ মাওরম্ব লাইশিং অহু লোইন মাঙখি। খেতরীদ সেবা তৌরিব বিগ্রহশিং শ্রীগৌরাঙ্গ, বল্লভীকান্ত, ব্রজমোহোন, শ্রীকৃষ্ণ, রাধাকান্ত, শ্রীরাধারমন বিগ্রহ তরুক অসিনি।

অহুগী মতুংদ হরিরাম রামকৃষ্ণ অনিন পুশিরকুন গঙ্গা-নারায়ন চক্রবর্ত্তি দীক্ষা তৌবিখি। অহুগী মতুংদ চাঁন্দরায় সন্তোষ রায় অনিবুসু দীক্ষা পীবিখি, মতৌ অসুম যবন.

পাষণ্ডী ময়ামবু উদ্ধার তৌবিরমলগ নরোত্তম হকচাং খোঙ্জিল্লক্লে অমুক স্নান তৌবগ মন্দির তাম চংহুন বিগ্রহ তরক অহুবু দর্শন তৌবীরমলগ খেতরী থাদোক্লগ পদ্মা লাখোক্লুন মুখিৎ বুংথা মতমদ বুধরী গ্রামদ রামচন্দ্রগী মনাও গোবিন্দ কবিরাজগী ময়ুমদ থুংখি। রামচন্দ্রগ কৃষ্ণ কথা আলাপ তৌহুন অহিং অহুমা লেললগ নোংঙাক্লগ বুধরী থাদোক্লগ মুংদাংবাইরমদ গম্ভি-লাদ গঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তিগী ময়ুমদ থুংখি। মতম অহুমক্তদ ঠাকুর মহাশয়গী হকচাং লাইহৌ য়াম কম তৌখি, অমুম অমুম খোঙ্গবকপন বা-লাং অমত ঙাঙখিদ্রে। গঙ্গানারায়ণনা থখোয় খোক্ল সেবা তৌজবা অহু উরগ মকম অহুদ লৈব ব্রাহ্মণশিংন গঙ্গানারায়ণবু করেম কথাইনন লঙনখি। কবিনো চক্রবর্ত্তি নঙগী গুরু অসিবু বা ঙাংবা খোকখিদ্রিব অসিবু, অন্তিম কাল অমিদি কৃষ্ণনাম খোনগদবনি অহুমু মচন্দা বা অমকাওব ঙাঙব ঙমখিদ্রে; ব্রাহ্মণমু কায়স্তন গুরু ওইরগ শিষ্য ওইহল্লে, ব্রাহ্মণগী দোষন মতৌ অমুম খোক্লনি হায়বাস ঐখোয়ন হান্না মাঙজোনন খঙলবনি হায়ন করেম কথাইনম বা, বা লাওন নোক্লখি তাঞ্জা অহুদ ঠাকুর মহাশয়গী অন্তিম দশা য়ৌশিল্লক্লে সেবকশিংন হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌব হৌখি, হরিনাম ধ্বনি অহুগী মরক্ত ঠাকুর মহাশয়গী দেহ ত্যাগ তৌখি।

গঙ্গা মপান্দ সংস্কারগীদমক শীঙ খোমখি, ঠাকুর মহাশয়গী মৃত্যু দেহে অহু হরিনাম খোম্নুন গঙ্গা মপান্দ পুখোক্লুন শীর

মথক্ত থাজংগে অতুগ মৈ চুগদবগী থৌরাং তৌরে ; নোক্লা চাওব কাওবুন বা বা নোক্লক্লে। গঙ্গানারায়ননা ময়ামবু তান লাওন থম্মোয় শোক্ল ; খুংশিরব খোজেলন হিক্ল হিক্ল কপ্লহুন গুরুদেবগী চরণবু কোঞ্জরগ গুরুদেববু কৌজরগ হায়জরকখি ; প্রভু যবন পাষণ্ডী ময়ামবু লানবিরমগে ; হৌজিক অপণ্ডব ব্রাহ্মণশিংন প্রভুবু নিন্দা তৌহনা মশাবু মাওনব শিঞ্জরি গুরুন কৃপা তৌবিহুন মগোইশিং অসিবু মতিকচাব দণ্ড অমুক্ত পীবিরমখো ; গঙ্গানারায়ণগী অসিগুম্ব বাহৈ অসি তাক্ষত্তদ খুদক্ত চিতা মথক্তগী ঠাকুর মহাশয়গী মিং পাংথোকলক্লে। হরি হরি হায়ন লাওন হরিনাম শোল্লগ গঙ্গানারায়ণন ইঙ্গিত পীরগ মাগী মওকথবদ কোল্লগ চিতা মথক্ত ফমলে, ডাইহাক লৈরগ রামচন্দ্র অমসুং গঙ্গানারায়ন অনিদা শৌহুন চিতা মথক্তগী কুমথমল্লগ গস্তিলা মন্দিরদ লেওশিন্দুন লৈখি !

ঠাকুর মহাশয়গী তোয়রুইবা ওইথোক্লুব অওকপ মতৌ অতু উকথমক্তদ গঙ্গানারায়নবু নোক্লরম্ব ব্রাহ্মন খিং অতু কিখিবন মশা থকথক নিক্লুন অমন অমগী মথক্ত নওন তৌবনি, হায়ন মহৈ মহৈ থংনরকলে। মমৈদ ব্রাহ্মণশিং অতুন গঙ্গা-নারায়ণগী মথোও কোল্লগ কপ্ল কপ্লহুন হায়জরকখি, ন্যাহাক্তি শ্রীকৃষ্ণভক্তি লৈব গুণচেনব অথোইব ব্রাহ্মন পণ্ডিত অমনি ঐখোয় লাক্লে থওনহুন তৌবনি ঐখোয়বু অমুক্ত ডাকপিয়

হায়ন হায়জখি। ঠাকুর মহাশয়ন চঙহনরক্লিখ মহাক অমুবু থাকপিখি।

ঠাকুর মহাশয়না থাকপিবি ঐহাক হৌজিক খেতরীদ চংলগে মতম খর লৈরগ মখোই পুম্নমক খেতরীদ লাকউ হায়বন থাকপিরমগদ ঠাকুর মহাশয় খেতরীদ লেংখি।

মতম খর লৈরগ ব্রাহ্মণ ময়াম অমু খেতরীদ চংতুন ঠাকুর মহাশয়গী মফমদ হাজরন্তুন, ঠাকুর মহাশয়না মখোই পুম্নমকপু কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা পীবিখি। মতৌ অসুম পাষণ্ডী ময়ামবু উদ্ধার তৌবিরমগ ঠাকুর মহাশয়না বিগ্রহ তরুক্লী অমোইব বিদায় লৌজরগ গম্ভিলা তাম অমুক হয় লাকপিখি। গম্ভিলাদ মতম খর লৈবিরমগ শকাব্দ ১৫০৯ গী কার্ত্তিক কৃষ্ণা পঞ্চমী নুমিত্ত তত ময়ামবু হরিসঙ্কীর্ত্তন তৌহল্লগ সঙ্কীর্ত্তনগ লোয়নন রাম-কৃষ্ণ অমসুং গঙ্গানারায়ণ অনিন নাক য়েংশনহন গঙ্গা তাম স্নান তৌব লেঙলকখি। নিমতলা ঘাটত কুমথবগ হকচাং তথাই অম ঐশিংদ লুপথরগ তথাই অমদ রামকৃষ্ণ গঙ্গানারায়ণ অনিন হকচাংদ পকপ নুংঙা তকথোকখি। অচকপ মতৌনি অসুম অসুম তকথোকপদ দেহে পুম্নমক শক্তোক ওন্দুন গঙ্গাদ তিন্নশিনখি। খুদক অদুমক্তম জাহ্নবী গঙ্গা ঐহোয়রক্তুন মপান্দ লৈব দুধ-কৈ লোইন থুমখি! অদুদ পুখংলকপ লৈতোই ময়াম অতন হায়গী পোংলোইনবগীদমক থনম চিতা অচু খুদক্ত লৈমুংদ ফুমজিনখি। মতৌ অসুম ঠাকুর মহাশয় অন্তর্দ্ধান ওইবিখি।

ঠাকুর মহাশয়গী অন্তর্দ্ধান ওইবিবগী পাও অসি মাইকৈ মাইকৈদ শন্দোকখিরম্মী, পাও তাবদ রাজসাহী, বহরমপুর, মালদহ, রঙ্গপুর, পাবনানচিংব মাইকৈ মাইকৈগী সেবক মযাম লাকুন গঙ্গানারয়ণ চক্রবর্ত্তিগ তাম্রহুন মাগী মাগী বৈষ্ণব সম্পত্তি পুখোক্তুন মুর্শিদাবাদকী জিয়াগঞ্জ অমসুং খেতরীদ য়াম্র চাওন মহাহরিনাম সঙ্কীর্ত্তন উৎসব পাঙখোকখি। সঙ্কীর্ত্তন অদুদ লাইগ মীগ ভিম্রন জগোই শাখিরম্মী; সঙ্কীর্ত্তন লোয়ব মতুংদ য়াওরম্ব লাইশিং লোইন মাঙখি।

মুমিৎ অদুদগী হৌদুন চহি খুদিঙগী ওইন ঙসি ফাওবদ কার্ত্তিক কৃষ্ণা পঞ্চমী মুমিত্ত মহাসঙ্কীর্ত্তন উৎসব পাঙখোক্লি, মহোৎসব অদুবু খেতরী মেলা হায়না ময়াম্র খঙনরি।

শ্রীঠাকুর মহাশয়গী বাবিদি য়াম্র শাংখরে গ্রন্থবাহুল্য কিজবদগী মরু মরু ওইব থরদং পীজরিব অসিনি।



মাপলশুব ৱারি

# শ্রীনিবাস আচার্য্য

নীলাচলদ গৌরাঙ্গ প্রভুন মথায়বুং নিত্যানন্দ কাননবগী ৱাখল্দা দিবানিশি থল্লুনত লৈখি। মতম অদুদ ন-দ্বীপবাসী-শিংন ইবুঙো উনবগীদমক নীলাচলদ লাক্লুখি, ময়াম ইবুঙোগী চরণ্দ ভক্তি কৎচৱ মতমদ ইবুঙোন ময়ামগী মফমদ হংবিখি, গৌড়দেশ মতৌ করম তৌরি? ইবুঙোগী ৱা তাৱগ নবদ্বীপ বাসীন মমিত্ত মপি তাদুন হায়জরকখি, ইবুঙো! গৌড়দেশতি অদ্বৈত প্রভুন ভক্তি পুমনমকপু লুপথনবগীদমক মুক্তি প্রচার তৌদুন মুক্তি ওাক্ত ওইশিল্লক্লে, গৌরদেশ ছাড়খার ওইরে; ময়ামগী ৱা তাৱগ ইবুঙোন শাওথিবন "অবনি" "অবনি" হায়ন পৃথ্বী মাতাবু কৌথোক্লগ ইবুঙোগী প্রেম অদু শিন্নবিরগ শ্রীনিবাস শ্রীনিবাস হায়ন তোয়ন তোয়ন কৌরকখি। ইবুঙোন গৌড়দেশত ভক্তি প্রচারগীদমক, ভক্তিগ্রন্থ ইবিনব শ্রীরূপ, সনাতন, শ্রীজীবনচিংব থাবিরগ শ্রীরাধাকুণ্ড মপান্দ লৈহনবিদুন কৃষ্ণলীলা ভক্তিগ্রন্থ পুমনমক ইদুন থমলবনি মসি প্রচার তৌবীনব পাত্র কদাইদগী ফঙ্গনি হায়ন জগবন্ধুগী মমাংদ লেপ্লগ শ্রীনিবাস শ্রীনিবাস হায়ন তোয়ন তোয়ন কৌরকখি।

জগবন্ধুন মাগী থুদুপ তরামনি শাংব লৈ পরেং অম থাদ-রকখি, পুজারীন মালা অদুবু পুরক্লগ ইবুঙোগী মকমদ কৎচখি।

ইবুঙোন মালা অমু থোল্লগা ভুমথরম্মী মতুদ জগবন্ধুন লাক্লগ তাকপিখি গৌড়িয় চৈতন্য দাস কৌব চাকন্দিদ লৈব. ব্রাহ্মণ অমন ঐগী ইফংদগী মচা নিজবগীদমক কপ্পহন য়ামন কুইন লৈহন্নবনি মতোম্দ ঐন ক ।। শীবিশ্রবনি মাগী মুপীন লক্ষীপ্রিয়া কৌবনি, য়াম্মন ১ত্তিকচাব.পাত্রনি মতোম্দ প্রেম অমু শিন্নবিগ্রো পৃথিবীমাতান প্রেম অমু পুব ঙমগ্রহন নীলাচল মতম থুদিঙমক্ত টল্লমল ওইহন মুমকৈ অমত লৈব ঙম্মদ্রে ; য়াম্মন থুন প্রেম অমু শিন্নবিগ্রো !

প্রভু মিংকপ থোক্লগ জগন্নাথ জগন্নাথ হায়ন কৌহন কপখি. ইবুঙোন মনাই কাশীমিশ্রবু কৌরগ তাকপিখি. গীড়িয়া চৈতন্যদাসপু মকম অসিদ য়াম্ন থুন পুরকউ। কাশীমিশ্রন খুমজখি— ইবুঙো নিঙব কায়বহন কপ্প কপ্প মমুমদ চংখিব য়াম্ন কুইরে ; মমুমদি নঙ, খঙব্রা ? খংজৈ ইবুঙো, মতম অহুমক্তদ নীলাচলবাসী ময়াম. লাক্লগ হাম্নজখি। ইবুঙো ননাই ঐখোয় লৈব ঙমজদ্রে. মতম থুদিঙদ মহারাহনতা লৈদ্রে ননাই ঐখোয়বু অমুক্ত কনবিমু। মতম অহুমক্তদ পুজারীন জগবন্ধুগী প্রসাদি পুরক্লগ ইবুঙোদ পীরম্মী, ইবুঙোন হোৌগংলগ মহাপ্রসাদি অহুমু ভক্তি কংচরম্মী।. পুজারী অহুন হায়জখি, ইবুঙো ননাই ঐখোয় জগবন্ধুগী সেবা তৌবসি য়ামন কিজরে ; মথং অনিমক তিংখোক্লগ লৈন লৈন জগোই শাহনত লৈদ্রে, ইবুঙোন ময়ামবু

তপখইল্লগ "অবনি "অবনি হায়ন পৃথ্বি মাতাবু কৌরখি পৃথ্বি মাতান মথুং লোয়রগ কয়ি তাকপিগদব হায়ন হংজখি? ইবুঙোন হায়খি গৌড়িয়া চৈতন্যদাসকী মযুম নও খওব্রা? পৃথ্বি মাতান খুমজে চৈতন্যদাস কৌবদি য়ায় লৈ করম খওগনি? ইবুঙোন তাকপিরকখি চাকন্দিদ লৈব মাগী মুপীন লক্ষ্মীপ্রিয়া জগবন্ধুগী মফমদগী মচা নিজম্বা; ইবুঙোন অদুম্ব তাকপিরমদি মনাই খওজরগনি। নঙন চৎলগ লক্ষ্মীপ্রিয়াগী মফমদ প্রেম অদু শিন্নবিকরো হায়না তাকপিরকখি। পৃথ্বীমাতান চৎখিদুন লক্ষ্মীপ্রিয়াগী মফমদ প্রেম অদুশিন্নবীরুবে, মুমিং অদুদগী নীলাচল টুলমল হাইরম অদু লেপখি।

শকাব্দ ১৪৪১ গী বৈশাখী পূর্নিমা মুমিত্ত লক্ষ্মীপ্রিয়াগী গর্ভদগী শ্রীনিবাস পোকখি। ইবুঙোন অদ্বৈতবু শাওখিবদগী শ্রীকৃষ্ণলীলা ভক্তিগ্রন্থ ময়াম গৌরদেশত পুথোক্লগ ভক্তি প্রচার তৌনবগীদমক প্রভুগী অংশদগী শ্রীনিবাস পুথোকখি, শ্রীনিবাস চৈতন্যগী স্বরূপনি। অন্নপ্রাসনগী মতমদ দৈবগা অমা লাক্লুন অঙাং অদুগী রূপ গুণ ময়াম অদু উরগ শ্রীনিবাস হায়ন মমিং থোল্লমই। চুড়াকরণ উপনয়ণনচিংব পাঙথোক্লগ বিদ্যা তম্ব হৌখি। নোংমা শ্রীনিবাসকী ইমুংদ আকাশবানি অম তৌরকখি, ঐহাক স্বরসতী দেবীনি গৌরাঙ্গ প্রভুগী য়াথংন নঙোন্দ বিদ্যা পীগে লাকলিবনি; হয়েংদগী হৌন বিদ্যা অপূর্ব ৈহেরগনি অমুক তম্মুবগী কায়দে হায়ন তাকপিরকখি।

নোং ভাল্লগ শ্রীনিবাস স্নান তৌব খোরকপদ খণ্ডবাসী নরহরী সরকার ঠাকুরন শ্রীনিবাসক উরখি, নরহরীনা মাগী অহানব গুরু ওইগে। নরহরীন তাকপীখি। নহাক য়াম্বথুন খড়দহ তাম্ন চংলগ জাহ্নবা ঠাকুরাণী অমসুং বীরচন্দ্রগ উম্নরু মখোয়ন নঙভু ভাইহন লৈরিবনি। ঐহাক নঙোন্দ রা অসি হায়গে ল কলিবনি; নরহরী উম্নহুন রারী শাকখদগী মশাদ প্রেম বিকার হেন্নপংলকখি।

নোংম ইখঙ খঙহৌদন চৈতন্যদাস গঙ্গাপ্রাপ্তি ওইখিরম্মী, মতৈংনা মপাগী সংকার কর্ম্ম অপূর্ব লোইরমগ চাকন্দি থাদোক্কুন মমাখু পুরগ জাজিগ্রাবদ লাকখি, লম মপু জমিদার অহূন শ্রীনিবাসকী রূপ, গুণ, ভক্তি পূর্ণমকপু উরুরগ যুম অমদ লৈহনখি। তুমিং খরানিগী মতুংদ মমাখু জাজিগ্রামদ মাগী মামগী মনাক্ত খনমগ খণ্ড তাম্ন চংভুন বৃন্দাবনগী মরমদ নরহরী সরকারগ তামরমই, নরহরীন হায়খি, নঙ মরী থুন বৃন্দাবন চংলো শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুন ঐঙোন্দ তাকপিরম্বদি, গোপালভট্ট গোস্বামীন নঙগী গুরুনি, মাগী মফমদ আশ্রয় তৌ-গদবনি হায়মন তাকপিরম্মী। সরকার ঠাকুরগী রা তারগ মপুক্ত মণ্ডল মণ্ডল খন্নুন মমুমদ হনখি। অহিং অহুগী মমঙদ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুন স্বয়ং প্রকাশ তৌবিরগ তাকপিখি — তাও— হেঃ শ্রীনিবাস, ঐগী থবক্ত শিজিমনবগীদমক

ঐগী প্রেমগী রূপ ওইনা পোকপনি কনাগী মথমদগীসু হরিনাম লৌবগী দরকার লৈতে বৃন্দাবনদ গোপালভট্ট গোস্বামীগী মফমদ ঐনা শিরহুন থনমলবনি, মহাক্না নহাক্কী গুরুনি কুইনা লৈখোকপা কায়দে যায় থুনা বৃন্দাবন চংলো গোস্বামীশিংনা য়ায়. যান নওতবু ভাইহুন লৈরিরনি হায়না তাকপিরমলগা অন্তর্দ্ধান ওইরে।

শ্রীনিবাস নোংহেক ভানবগা ইবুঙোগী য়াথং পুহন মমাবু জাজিগ্রামদ মাগী মামগী মফমদ শিররমলগা নীলাচল চন্দ্র দর্শনগী দমক নীলাচল যাত্রা তৌখি। নীলাচল চন্দ্র দর্শন তৌবরগা গোপীনাথ দর্শনগীদমক গদাধর পণ্ডিতকী আশ্রমদ লাকচখি। গদাধরনা তাকপিরকখি, ইবুঙোগী শেষলীলা ওইরমদাইদ ঐহোন্দা নওবু ভাগবত নিংথিনা তম্বীরগা বৃন্দাবনদ থুনা থারক্লবনি হায়না তাকপীরম্মী, অহুবু ঐগী অসিদ লৈরিব ভাগবত অসিদি প্রেম তৌবদ চিংতনা চোংথিরদগী মঁয়েক পুরক নিংথিনা উব ফংদ্রে; নওনা [illegible] অসি পুরুষ নরহরী সরকারগী মফমদা চংলু; মাঙোন্দা ঐনা ইরম্ব ভাগবত লেবনি; মাহ লৌরগা য়ায় থুনা লাক্লবনি; হরিগুম্ব শিরবদি ঐগা উরব ফংলরোই হায়না বিদায় তৌরগা গৌড়দেশত ভাগবত লৌরুমন থারকখি। নরহরীগা উরহুন অনৌব ভাগবত অম লৌরগা নোংভানবগা নীলাচল ভম্‌ন যাত্রা তৌরকখি; লমীদ যাজপুর য়ৌরকপা মতমদ গদাধর অপ্রকট ওইখীবগী পাউ তারম্মী। হাঃ গদাধর পণ্ডিত হাঃ গদাধর হায়না প্রেম

তৌরদুনা অহিং অহুব লেনখি, অহিং অহুগী মমডদ গদাধরন তাকপিখি, নহাক য়াম্‌না থুন নবদ্বীপ্ত চংলগদবনি ; নবদ্বীপকী পরিক্রমা লোইরগ বৃন্দাবনদ থুন চংকদবনি। গোস্বামীশিংনা য়াম্‌না বান নত্তবু ভাইদুনা পৈখিবনি শিক্ষবদি উমব ফংলবোই। হায়না তাকপিরমগ অন্তর্ধান ওরখি। নোংঙাল্লগ হাঃ গদাধর, হাঃ গদাধর হায়না কপ্পা কপ্পদুনা নবদ্বীপ পাংলকখি। নবদ্বীপ্ত ইবুঙোগী থোংপান্দা হাঃ গদাধর পণ্ডিত গোস্বামীকপনি ঐগী লাইবক হায়না ওনখোইনা কপতুনা লৈখি ; মতম অদুদ ঈশান থোরক্কুনা মাগী ফীবম অদু উরগ মসি ঐগী ইবুঙোগী প্রেম মূর্তিনি হায়না খঙলদুনা ঈশ্বরী দেবীগী মকমদ চত্তলগ ইবেম্মা চেঙ থবদংদি পীখিবা হায়না হায়জখি।

ইবেম্মা চেঙ ছটাক অনিখক পীখিরগ গঙ্গা মপান্দ থোংদুনা চাও হায়না ঈশানা তাকপিখি। শ্রীনিবাস চেঙ অদুনা গঙ্গা মপান্দ থোংলগ শ্রীকৃষ্ণ চরন্দ কংচরে ; প্রসাদি কংগদবগী আচম্ব তৌরক্‌প মতমদ ইবেম্মা মাগী পরীক্ষাগীদমক লম্বোইবা তরাখক থাজিল্লকখি ; শ্রীনিবাস বৈষ্ণব লম্বোইবশিং অদুবু উজরগ মপুক্কিং য়াম্‌না হরাওনা হায়জখি—থোংলিবসি চেং ছটাক অনিখক্তনি মসিনা পূরণ ওইবগী ভাবত্তি নত্তে। মহাপ্রসাদিদি খনবাদুনা থর থরদং ফংবাবু হায়না কৌশিল্লগা মথোই তরা মাথোই কপ্পিনরগ প্রসাদি অদু ফংমিন্নরে।

---

ছটাক অনি— গ্রাম ১২৫ গী অক্কব

ইবেম্মন পাও অসি তারগ প্রেমমূর্ত্তিনি হায়না খঙলমন্থ নিপা উম্নব য়াদবদগী উম্নখিদে, শ্রীনিবাস মপান্দ নাম শোন্দূনা অহিংথ লেনখি। অহিং অহুদ বিষ্ণুপ্রিয়াগী মমঙদ ইবুঙোন মহাপ্রভুবুং নিত্যানন্দ, অমসুং ভক্ত মহাকপ লোয়নন কীর্ত্তন তৌহনা ইমা কদাইদ চংখ্রে, নঙগী নখো মুপীন ঐন থারকপ মীবু খৌওইদনা মপান্দ হন্দোক্লুন থংলিবসি কবিগীনো হায়না য়াম্ম শাওনা হায়রমই। বিষ্ণুপ্রিয়া মিংকপ থোক্লুনা নোংঙানব ফাওব কপ্তুনা লেনখি। নোংঙাম্মকপদ ঈশান ঈশান হায়না য়াম্ম তোয়না তোয়না কৌরকখি, শ্রীনিবাসপু ইনাক্ত য়াম্ম থুনা পুশিল্লকউ হায়না তাকপিখি; ঈশাননা শ্রীনিবাসপু ইবেম্মগী নাক্ত পুশিল্লকখি; ইবেম্মন ফীতন কুপ্তুনা খমগ্রব চরণ অনি অহু শ্রীনিবাসকী মকোক্ত হাপ্লিরগ আশির্ব্বাদ পীবিখি। শ্রীনিবাসন ইবেম্মগী চরণবু কোঞ্জরগ ওনথোক্‌ইনা কপ্তুনা লৈখি, ইবেম্মন তাকপিখি—নহাক অহানবদ অদ্বৈত প্রভু দর্শন তৌরু অহুদগী জাহ্নবা ঠাকুরাণী, বীরচন্দ্রগ উম্নরু হায়না য়াথং পীবিখি।

ইবেম্মগী য়াথং পুহ্না শ্রীনিবাস অদ্বৈত প্রভু উম্ননবগীদমক শান্তিপুরদ লাকখি, মতম অহুদি অদ্বৈত প্রভু অপ্রকট ওইখিব চহি তরাহুমদোই শুরম্মী, অহুবু ইবেম্মগী য়াথংন সপ্নেলদ অদ্বৈত প্রভু থোরক্লুন শ্রীনিবাসক উম্নখি অমসুং শ্রীনিবাসকী মকোকদ মঙ্গলাশীর্ব্বাদ পীবিরগ তাকপিখি—ঐবু উম্নব অসি নী

কনা অমত্তদ হায়দোক্লপ্ল, নঙবু পুথোকপদি ঐবু ইবুঙোন শাঙ-খিবদগী নঙবু পুথোকখিবনি ; বৃন্দাবন্দ চৎলগ ত্তোগদব নথো য়াম্ন থুন পাঙথোকউ হায়ন তাকপিরমলপ অন্তর্দ্ধান ওয়রে ! অহুদগী প্রেম ত্তোহুন হাঃ গৌর, হাঃ নিত্যাই হায়ন কপ্ল কপ্ল লাকপদগী লম্নাদ সীতা দেবী থেংনহুন মবুঙো দর্শন ফংজরে, খঙলহুন মমুমদ পুশিল্লগ অচ্যুতানন্দ অমসুং গোপালগ লোয়নন সীতাদেবীন নিঙথিন লুক হোৌরগ অদ্বৈত প্রভুগী অধরামৃত ফঙহনখি ; অহুগী মতুংদ সীতাদেবীন খড়দহ চৎতুন জাহ্নবা দেবী অমসুং বীরচন্দ্রগ উমরুনব থাবিরকখি। খড়দহদ জাহ্নবা অমসুং বীরচন্দ্রগ উমবহুন মকম অহুদগী ঈশানগ লোয়নন খানাকুল অভিরামগী মফমদ থারকখি।

অভিরাম শ্রীনিবাসকী পরীক্ষাগীদমক লিক্লোল নিপাল পীরগ মসিন লোংমগী চানব শিল্লু হায়ন থারংকখি, শ্রীনিবাসন লিক্লোল নিপাল অহুন দোকান অমদ চঙ্লগ চানব চেঙ্ হরাইনচিংব থোংনব পাত্র শিঙ পুমমক লৌরগ গঙ্গা মপান্দ লকুমন্দ চাক থোংখি। থোংব লোইরহুন শ্রীকৃষ্ণদ কৎলগ প্রসাদি কংনবগী আচমণ তৌরকপ মতমদ অভিরাম লম্বোইব অনিথক থাজিল্লকখি; বৈষ্ণব অনি অহুমু উজবদ শ্রীনিবাস য়াম্ন হরাওন, থোংলিবসি খরদনি ; মসিন পূরণগী ভাবতি নত্তে, মহাপ্রসাদিনি খনবিহুন খর খমদং ফংবিমু হামনা কৌশিল্লপ মখোই অহুম ফম্মিরগ

চাখিরম্মি। পাও অসি তাবহন অভিরাম শ্রীনিবাসপু কৌশিল্লগ "জয়মঙ্গল" চাবুক মনমগন্দ অহমলক কল্লে; ইমুংদগী মালিনী দেবীন খোরকুন ব্রাহ্মণ মচা অসিদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী শক্তিনি মাঙোন্দ অমুবহম প্রেম পীকবগী দমকার লৈতে হায়ন "জয়মঙ্গল" চাবুক মুল্লগ ইমুংদ থমজিনখি, অদুদগী অভিরাম আশির্ব্বাদ পীরগ বৃন্দাবন চংনব য়াথং পীবিখি। ঈশান্ন তাকপিখি নত্ত হৌজিক্তি য়াম্না থুন বৃন্দাবন চংলগদবনি থীল্লবদি গোস্বামীশিং অমত দর্শন ফংলরোই হায়ন তাকপিরকখি। ঈশানগী পাউতাক মতুংইন্ন শ্রীনিবাস জাজিগ্রামদ হল্লগ মমাবু খুকমজরগ মমাগী মফমদগী বিদায় লৌজরগ বৃন্দাবন যাত্রা তৌখি।

বৃন্দাবনদ শ্রীরূপ গোস্বামীন সনাতন গুরুদেব অপ্রকট ওই-খিবগী অবাব মৈচাক্ক হকচাং টলমল ওইদুন লৈখি, শ্রীজীবগী খুদাং পায়রগ তাকপিরকখি—শ্রীনিবাস ঙাইব ঙমদ্রে নঙন মাবু কৃষ্ণলীলা, ভক্তিগ্রন্থ নিঙথিন তম্বিরগ গৌড়দেশত ভক্তিগ্রন্থ প্রকাশ অমসুং কৃষ্ণভক্তি প্রচার তৌহনগদবনি হায়ন মমম পুম্নমক শিন্নবিরম্লগ অপ্রকট ওইখিরম্মী।

শ্রীনিবাস বনগী লম্বীদ মুমিৎ নিনি হুমনি মন্নুংদ খুল কংলগ অফঙব থর চাহুম লাকপদগী কাশীদ থুংখি, কাশীদ চন্দ্রশেখর ভবন্দ চঙলগ প্রভুন লেঙশিল্লম মকম খুদিংমক দর্শন তৌজরে অদুগ গঙ্গাস্নান তৌজরব মতুংদ অমুক চৎপ হৌরকখি।

অদুদগী ত্রিবেণী স্নান তৌজরগ রাজপথদ চংলম্মী। থর্ম্ম লৈব নিপা অমন পৈশা মরি পীরম্মী, অদুন মুখিং নিনি লেজরে; অরাকপ মীশিংদ বৃন্দাবন কয়া য়াম্‌ন রাংলি হায়রন হংজখি, মরাম্‌ন মুখিং মরিনিগী লম্বী রাংশি হায়রন তাকপিবম্মী।

মুখিং অদুদ গুহা অমদ স্নান তৌজরগ উথোংদ নাম পোল্দুন লৈবদগী অরাবন তুমথখি, বৃন্দাবনদগী ব্রজবাসী মঙাখক লাক্লগ উথোংদ মীশিং লৈব মকমদ শ্রীনিবাসকী মনাক্ত চত্‌-শিল্লগ হেৎনোকপিদুন চানা থরগ চিনি অঙাংব থরগ যাগী ফীগাওদ হাপ্লিরম্মী অদুগ বৃন্দাবনগী অরাব রারি সনাতন গোস্বামী অপ্রকট ওইখিব থা মখি শুরে হায়ব তাবদ শ্রীনিবাসকী কোকথক্ত চীওব-ননবগুম বাখিরম্মী; অদুগী মতুংদ আগ্রাদ থুংখি, অদুদগী রাজপথ থাদোক্লগ ওযরোবদ লাক্লুন গোকুলদ থুংখি, যমুনা স্নান তৌজরে, যমুনা লাল্লগ নন্দগ্রাম দর্শন তৌজরগ বিশ্রাম ঘাটতা পোথাদুন লৈখি, মতম অদুদ ব্রজবাসী অহুমথক অরাবগী রারী শাদুনা লাকখি, বৃন্দাবন করি ওইরগনি, মরুওইব গোস্বামী অহুমথক অপ্রকট ওইরে। অহানবদ সনাতন গোস্বামী থদ লৈরগ রঘুনাথ ভট্ট; অদুগী মতুংদ শ্রীরূপ গোস্বামী অপ্রকট ওইরে; মথোইন ঙাংনরিব অদু তাবদ শ্রীনিবাস উথোংদ কপ্পুন গড়াগড়ি ওল্দুন লৈরে, ঐহাক বৃন্দাবনদ চংলরোই হয়েংমক রমদা হল্লগে হায়ন ওনথোইন কপ্পুন লৈখি। অহিংগী অনিশুব প্রহরদ ইবুঙোগী মায়ান তুমথখিরম্মী, মমঙদ শ্রীরূপ

সনাতন অনিন লাক্লগ মশা পুম্ব নানবিরগ হায়খি ঐখোয় অনি অসি শ্রীরূপ সনাতন হায়ব অহুনি ইবুঙো কায়নবগী মৈচাক্লায় বান নঙতবু ঙাইহুন লৈরকপ অসিদ ঙাইব ঙমদহুন ঐখোয় চংলবনি, করিগী অহুক বাব্রি নঙদি ইবুঙোগী প্রেমমূর্ত্তিনি তৌগদবনখৌ পূর্ণমক নিঙথিন পাঙথোকলক্লদবনি। নঙগী গুরুদি গোপাল ভট্ট গোস্বামীনি মাগী মফমদ আশ্রয় তৌগদবনি। নঙগী তৌগদব থবক পূর্ণমক শ্রীজীবগী মফমদ শিন্নরম্লবনি হোৌগংলো হায়ন মকোক্ত চরণ অনিন হাপ্পিরন্তন আশির্ব্বাদ পীবিরম্লগ অন্তর্দ্ধান ওইখ্রে।

শ্রীনিবাস নোংঙাল্লগ যমুনা স্নান তৌজরগ গুরুগোস্বামীগী য়াথং পুহন বৃন্দাবনলোমদা পাংলকখি। অসোমদ শ্রীরূপ সনাতন অনিন শ্রীজীবগী মমঙদ লাক্লগ তাকপিখি— চাঁকন্দিদ লৈব শ্রীনিবাস বিশ্রাম ঘাটত লৈরবনি; নঙন মী অম থারগ মাবু থর তাকপিরু অহুগ গোপাল ভট্ট গোস্বামীগী মফমদ থর শিন্নবিয়ু, নহাক্ল মাবু শ্রীকৃষ্ণলীলা ভক্তি গ্রন্থ নিঙথিন তম্বিরগ গৌড়দেশত প্রচার তৌহনগদবনি। নোংঙাল্লগ শ্রীজীব মী থাহন শ্রীনিবাসপু ওকপিরুরগ আশ্রম তাম্ন পুরকখি। শ্রীনিবাস শ্রীজীবগী চরন্দ ভক্তি কংচখি। শ্রীজীবন স্নান নিঙথিন তৌহল্লগ আশ্রমদ বিশ্রাম তৌহনখি।

সন্ধ্যা য়াচংব মতমদ শ্রীগোবিন্দগী সন্ধ্যা আরতি দর্শন তৌহল্লগ শ্রীগোবিন্দগী মহাপ্রসাদ কংহনখি। নোংঙাল্লগ শ্রীজীবন

শ্রীনিবাসপু পুরুগ গোপালভট্ট গোস্বামী মক্‌না শিন্নবিখি। শ্রীজীবন হায়রিখি— বৃন্দাবন আসনি কালাকাল হায়ব লৈতবনি, মাদু থুনা শ্রীনিবাসপু দীক্ষা পীবিরো। শ্রীজীবগী বা মতুংইন্না গোপালভট্ট গোস্বামীন শ্রীনিবাসপু কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা পীবিরে অহুগ শ্রীকৃষ্ণলীলা অমসুং ভক্তিগ্রন্থ পুম্নমক নিংথিন তম্বিখি। নোংমা, শ্রীজীন নাটক সন্দর্ভ, ললিত মাধব অধ্যয়ন তৌব মতমদা শ্রীকৃষ্ণন মথুরা লেংথিবগী মতাংদা ইবেম্মা রাধা-রাণীগী বাখিবগী বাখল্লা জান মাংহন তাহন লৈখি, মতম অদুদা মমাং ওইনা উ; বা, উরি, উম্নানচিংবা পুম্নমক ইমক মকশিন্না ঊকং কংনা, নোং তান তান ঊকং কংশিনবগুম উরম্মী, তাইহাক লৈরগ চেংতন লাকপ মতমদা শ্রীনিবাসন শ্রীজীবগী মনাক্তা লাক্লগ ভক্তি কংচরম্মী। শ্রীনিবাসপু উবদা শ্রীজীবন হংখিখি, শ্রীনিবাস! বৃন্দাবনগী উরি, উনাশিংনা ঋতু তকক্ত থৌগল তৌনা তৌনা ইমক মকশিন্না উরিব অহুগ কদম পাম্বী অহুদি তন্তন কদম অনি অহুম শাংলিব অসি করিগীমো?

শ্রীজীবগী বাংং তাজরগ শ্রীনিবাসন হায়জখি— গুরুদেব প্রহর অমতংগী মতম পীবিয়, প্রহর অম লৈরগ হায়জগে হায়রমলগ আশ্রমদা চংতুনা মমিত্ত মপি তান শ্রীরূপ গোস্বামীবু স্মরণ তৌজরগ ননাইনা হংজরিবা অসিগী পাউথুম অমতংদি পীবিয় হায়জখি। শ্রীরূপ শ্রীনিবাসকী মথাক্তা প্রকট ওইখিবগ তাকপিখি—তাও। হে: শ্রীনিবাস, বৃন্দাবনগী বৃক্ষলতা পুম্নমক

অসিদি ইবুঙো ইবেম্ম অমিগী লীলাগীদমক্ত হৌম্বিবনি মরম অহুন মতম পুম্‌নমক্ত খাতু তরুক্ক তম্ভন খোগল তৌহুন লৈবন ইনৌন্ত নৌহুন লৈখনি; ইবুঙো কার‌্‌বগী মৈচাক্ক ইবেম্মন রাখিবগী অরাবহু উরুবদ উ, বা পুম্‌নমক রামনখিবন মকশিম উবনি, অহুগ কদম পাম্বী অহুদি ইবুঙোগী মখুৎন থাম্বনি অহুম ইবুঙোগীদমক্ত অনি অহুম তক্তন শাংলিবনি হায়ন তাকপিরমলগ অন্তর্দ্ধান ওইখি।

শ্রীনিবাস প্রভুন অমগী মতুংদ শ্রীজীবগী মকমদ গুরুদেবন অমুম্‌না তাকপিরম্মী হায়ব মরোল পুম্‌নমক তমজখি। শ্রীজীব মমিত্ত মপি তরং তরং শিম্বরগ য়াম্‌ন হরাওন শ্রীনিবাসপু প্রেম অলিঙ্গণ তৌবিরগ তাকপিখি, নঙগী প্রেমভক্তি অসিদি জগৎন ফংজনদ্রব অতাওবনি, মরম অহুন ঙসিদগী হৌন আচার্য্য উপাধি পীরবনি হায়ন গোস্বামীময়াম তিমহুন শ্রীনিবাসপু অচার্য্য উপাধি পীবিখি।

কার্ত্তিক মহোৎসবকা লোয়নন গৌরদেশত ভক্তিগ্রন্থ ময়াম পুথোক্লবগীদমক গ্রন্থপূজা, উৎসব রামনা চাওন তৌহুন, ভক্তিগ্রন্থ ময়াম পুথোক্লব তাম অপুম্ব শ্রীনিবাস আচার্য্য, নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়, শ্যামানন্দ প্রভু মথোই অহুমগী মফমদ শিমখি, তাকপিনব খুৎলাই পায়ব মী তরামতাগ লম্বী চৎপদ চত্তগদব খরচ পুমনমক পীরগ যণগাড়ি অনিদ লাইরিক উপু অমমম হাপ্লগ গৌরদেশলোমদ থারকখি। গৌড়দেশ য়োরমদাইদ জঙ্গল অম

লাল্লমই অদুগ বনবিষ্ণুপুরদ থুংখি। বনবিষ্ণুপুরদ বীরহাম্বির কৌবা ডাকু নিংথৌ অমা পাল্লমই। মহাক্কী মথৌদি লম্বেল চংপশিংগী বাওরকপ মমল য়াম্বনব পোৎচৈ লুট তৌরগ লৌব অসিনি, অদুবুদি ওইরবদ মপা মপুগী হাক্তক্তগী হৌন রাজ সভাদ নিতিগী ভাগবত পাঠ শ্রবণ তৌবসি কায়রম্বদে। মহাক্কী হাট্ট গণিকা অনিথক লৈরম্মী, মখোইন য়েংবদ মণিমুক্তান থল্লবা যণ গাড়ি অনিথক লাক্লে হায়না নিংথৌদ পাও পীরম্মী, নিংথৌন হংলকই— মী কয়া য়াম্ন লোয়নরকই ; থুংলাই প্যায়ব মী ওয়ামচা থক্লনি। নিংথৌন নোংমৈ পাম্বা মী চামরোম থাবক্লগ অমিং মথেংবদ মুম্লুনব থাবকখি, অদুগ অসুম্ম তাকপিরকখি পোৎত মুল্লগ পুরকউ মী অমতগী মথাইদি মাঙহনব য়াদে।

মতম অমুদা বৈষ্ণবশিং অহুদি হরিনাম কীর্ত্তন তৌদুন য়াম্ন মুঙাইন লৈরম্মী, ডাকু ময়াম অদুন হাংলু হাংলু হায়ন নোংমৈ কাপশিল্লকখি, অদুগ যণ গাড়ি অনি অদু মুল্লগ পুখি। ভক্ত ময়াম অদুন হাঃ গৌরাঙ্গ, নিত্যাইনন্দ ননাই ঐখোইবু লম্বিদ অসুম্ম থুদোং থীহল্লিবসি করিগীনো। হায়ন কপ্প কপ্লদুন অহিং অদু লেনখি। নোংভাল্লগ চে কলম তৌদুন বনবিষ্ণুপুরদ লাইরিক পুম্নমক লুট তৌখিদুন থিকম খণ্ডত্রে হায়ন বৃন্দাবনদ চিঠি থাবকখি, অদুগ গাড়িবালা, শম্রি পুম্নমকপু বৃন্দাবনলোমদ হলহনখি ; লাইরিক মাঙখ্রে হায়রব পাও তাবদ বৃন্দাবনগী বৈষ্ণব গোস্বামীশিং বাম্হদুন লৈমায়দ তামখি।

শ্রীনিবাসন হায়খি ঐগী থগাইন লৈরি মথৈ লাইশিংকশিং অসিগী খোজুল লীরকখিগে নখোই অনিদি নহুমদ নহুমদ হল্লগ তৌগদব নথৌ অপূর্ব পাংথোকউরো হায়ন ঠাকুর মহাশয় অমসুং শ্যামানন্দ মখোই অনিমু মহুমদ হলহনখি।

শ্রীনিবাস খুল্লক খুল্লক চত্তুন থিরকপদ হুমিং ভবানি হৌজিনগ্রে, থবাই হুণ্ডাইভবগ চাব ফংদবগন মশাহু য়াম চোকথরম্মী। নোংম উথোংদ কমছুন বাখল তৌহুন লৈরিগে মত্তমদ ব্রাহ্মণ মচা অম মনাক্ত লাক্লমই; মহাক্তা ব্রাহ্মণ মচা অহুবু মনাক্ত কৌশিল্লগ হংজখি— নত্তবু কদাইদ লৈবনো, করি থবক তৌরি; নমিংন করি কৌবা? ব্রাহ্মণ মচা অহুন খুল্লকই— ঐহাক্তী মিংন কৃষ্ণবল্লভ কৌই; ব্যাকরণ তমজে নিংথৌগী-কোন্নুং মনাক্ত লৈজে। মখোয় অনিন শাস্ত্রগী বা থর ঙাত্তনবদগী কৃষ্ণবল্লভনা মসিদি য়াম হৈব পণ্ডিত অমনি-হায়ব খঙলহুন মহুমদ প্রণক্লগ মাব পৌক্ত পীথক তৌহুন আশ্রয় তৌহনখি।

শ্রীনিবাসন হংখি লম অসিগী নিংথৌ মমিং করি কৌই? কৃষ্ণবল্লভন খুমখি — বীরহাম্বীর কৌই, মাগী লমচংতি ডাকুনি অহুবু মাগী রাজসভাদ নিতিগী ভাগবত পাঠ অমসুং শ্রবন তৌব অসিদি কায়দে। ফরে অদুদি ঐবু রাজসভাদ ভাগবত তাবহু

থয় পুথিমু ; কৃষ্ণবল্লভন শ্রীনিবাসপু পুরণ ভাগবত তাব চংখি। তুমিং অদুদ মতাইদ কম্নপ ভাগবত শ্রবন তৌরম্মী। পণ্ডিত ব্যাসাচার্য্যন অর্থ মথৌং মরম খণ্ডনম পঞ্চহায়ত্ত হায়ক্রিনব তাবদ শ্রীনিবাস য়াম্ন মুংঙাইরমদে অদুবু উপায় লৈতবনিন তুমিন্ন অদুম লেনখি। নিনিগুম মুখিত্ত রাস পঞ্চাধ্যায় তৌরম্মী। শেরান ভুরাম্নন ব্যাখ্যা তৌরকপ অদুদ শ্রীনিবাস থাওবা য়াম্রদুন হৌগংলগ হায়রকই. ব্যাসদেবনা ইবিরম্ন শ্রীধর স্বামিন টীকা নিঙথিন তৌদুন লৈরিব অদুবু করিগীদমক শেরান ভুরায় ব্যাখা তৌবিরিব? পণ্ডিত রাম.ন শাওন কদাইদগী ব্রাহ্মণ মচানো থঙত্রা খঙদত্রা ঐগুস্ন তৌরিববু নঙন তর্ক তৌরক্লিবা অসিদগী হেনব করম্বা লৈরি নঙ্ অযুক্ত হায়রো য়েংশি। হায়শিং অদু তাবদ নিংথৌন হৌগংলগ অযুক্ত ব্যাস আসন্দ ফম্বিরগ শন্দোক অযুক্ত হায়বিমু হায়জরকখি। নিংথৌগি য়াথং মতুং ইন্ন শ্রীনিবাস হৌগংলগ ব্যাস আসন্দ ফমজরগ শ্রীগৌরনিত্যাই অনিবু স্মরণ তৌজরগ ময়াম.ন থঙনবা অরায়ব লোম্ন ফজনা অনি অদুম থোক্ত ব্যাখা তৌরকখি। শ্রীনিবাসকী ফজরব ব্যাখা অদুদ নিংথৌ পুরক্তম গুমপ্রে। পণ্ডিত ব্যাসার্য্যঃ মরু লুকথদুন লৈপ্লে অমম্নং মপুং ফান জ্ঞান তাবক্লে। লাইরিক তৌব লোয়রব মতুংদ নিংথৌন শ্রীনিবাসপু কোম্নুংগী মুম অমদা লৈহনখি।

নোংঙাম্নপ অযুক্ত নিংথৌন শ্রীনিবাসকী মনাক লাকচখি অমসুং ভক্তি কংচরগ করি থবকী মরম কহায়দগী লাকপিবনো

মনাইশিং মখয়দ অমুক্ত তাকপিয় হায়ন হায়জখি। নিংথৌগী বা তাবগ শ্রীনিবাসন খুমখি, বৃন্দাবনদগী ঠাকুর মহাশয় শ্যামানন্দগ লোয়নন মথক্তাভি অনিদ ভক্তিগ্রন্থ হাম্মগ পুথোয়কপদ গোপাল-পুরগী লাইরিক পুম নমক লুট তৌখিবদগী রাজ আশ্রয় তৌজয়গ ফংননব উপায় অমত্তং তৌবিনবগীদমক চঞ্জয়কপনি। শ্রীনিবাসকী বা তাবগ, নিংথৌ ওহ্নোকপনি ঐহাক অসি মহাপাপীনি লাই-রিকশিং অহু ঐহাক লুট তৌবনি, হৌজিক লাইরিকশিং অহু অমত্ত তেক্ত কায়দন লৈরি, মহুশীদমক ঐবু মতিক চাব নত্তি পীবিরো হায়ন শ্রীনিবাসকী মখোঙ কোম্নগ বীমহাখিব থমো থম্নো ওন্নুন কপ্পূন লৈম্লেপ শ্রীনিবাস নিংথৌবু কোনথংপিরগ হায়রকই মহারাজ লাইরিকশিং অহু মফম কদাইদ লৈ অমুক্ত দর্শন তৌজগে মকম অমুক্ত তাকপিয়ু হায়জখি; নিংথৌন শ্রীনিবাসপু রাজভাণ্ডারথোমদ পুরগ উপুশং অহু উহল্লে, শ্রীনিবাস উপুশিং অহু উবমক্তদ চেৎশিন্নুন দণ্ডবৎ তৌন খুরুমজরগ হাংদোক্তুন য়েংলুবদ লাইরিক পুম্নমক ফীবম অমত কায়রমদে, লাইরিকশিং অহুবু উজবদ শ্রীনিবাস হাঃ গৌর নিত্যাই হায়ন জগোই শাহুন লৈখি।

লাইরিক হেক ফংবগ থীম্নন খেতরী, উৎকল, বৃন্দাবনগী মফম খুদিঙদ লাইরিক ফংবগী পাউ থাখি, অদুগ হায়জখি লাইরিক ফংবত নত্তন রাজ্য অপুম্ব ফংজরে। পাও তাবদ

বৃন্দাবননগী গোস্বামী শিং অমসুং ভক্ত বৈষ্ণবশিং পুম্নমক থোই-দোকন হৌরাওখি। শ্রীনিবাস থীন্দন নিংথৌগী মফমদ হায়দুনা গ্রন্থ পূজা অচৌব উৎসব তৌখি, অদুগী মতুংদ কৃষ্ণবল্লভ; পণ্ডিত ব্যাসাচার্য্য দীক্ষা তৌরগ শ্রীনিবাসকী সেবক ওইখি, রাজা বীরহাম্বির শ্রীনিবাসকী মফমদগী কৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা তৌদুনা অথোইবা বৈষ্ণব ওইখি। অদুগী মতুংদ বনবিষ্ণুপুরগী প্রজা পুম্নমক শ্রীনিবাসকী মফমদগী দীক্ষা তৌজখি। নিংথৌনা রাজ্যদ হুকুম অমসু তৌখি কনাগুম্বনা দীক্ষা তৌদুনা ভক্তি অসি চংশ্রবদি অকনবা দণ্ড যজনি হায়না লাওথোকখি। মাদুগী লৈবাক ওইরম্বা বনবিষ্ণুপুর বৈষ্ণব ধর্ম্ম ভয়বগী অথোইবা ময়োল অমসুং হরিনাম সঙ্কীর্ত্তনগী অথোইবা মফম অমা ওইখি।

শ্রীনিবাস ময়ামবু মফম অদুদ লৈদুনা দীক্ষা অমসুং ভক্তি প্রচার তৌবিরমলগা নিংথৌনা যাথং লৌরগ জাজিগ্রামদ চল্লকখি। মহাক্ জাজিগ্রামদ হল্লকপ মতমদ মাগী মমাদি অপ্রকট ওইখিরম্মী। খণ্ডবাসী নরহরী সরকারগ উন্নদুনা য়াম্না নুঙাইনরে নরহরীন হায়খি, শ্রীনিবাস নহাক ইমাগী য়াথং অসি অমুক্ত ঙাক্কব য়াদে; য়াম্না থুন সংসার তৌরো অদুগ লোয়ন্না লোয়নন বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং ভক্তিগ্রন্থ ময়াম অসিসু প্রচার তৌগদবনি। নরহরীগী য়াথং মতুংইন শ্রীনিবাস জাজিগ্রামগী গোপাল চক্রবর্ত্তিগী মচানুপী দ্রৌপদী (ঈশ্বরী দেবী) অদুগ রঘুনাথ চক্রবর্ত্তিগী মচানুপী পদ্মাবতী (গৌরাঙ্গপ্রিয়া) লুহোংদুনা

লৌখি, মথং মথং মচানিশা অহুম বৃন্দাবনবরস্ত. রাধাকৃষ্ণ ঠাকুর, গন্তি গোবিন্দ অহুম মচাম্নুপী অহুম কৃষ্ণপ্রিয়া, হেমলতা, ফুলঝি ঠাকুরাণী হায়ব মচা ভকক লোকখি ।

শ্রীনিবাস অমুক হন্ন বৃন্দাবন চৎখিরম্মী অতুগ লেমহৌর ভক্তি গ্রন্থময়াম পুথোরকখি । ভক্তি গ্রন্থ ময়াম অতুগী মরক্তগী শ্রীশ্রীচৈতন্য চরিতামৃতন অখোইবনি। হন্দকুতি বনবিষ্ণুপুরদ থুংলগ য়াম্‌ন চাওন গ্রন্থপূজা উৎসব তৌখি, রাজা বীরহাম্বিরন অচৌব থবচ পুম্‌নমক পুথোকহুন অশিল অমাং ওইখি । ভক্তি গ্রন্থ ময়াম প্রচার তৌবগী ভার অপূর্ব রাজা বীরহাম্বিরনা পূজখি, গ্রন্থ ময়াম প্রচার তৌবিরম্লগ অমুক হন্ন মাগী শিষ্য রামচন্দ্রগ লোয়নন বৃন্দাবনদ চৎখিরম্মী ।

বৃন্দাবনদ লৈহুন লীলাস্থলী অমম্নং বন, উপবন খুদিঙমকপু পরিক্রমা তৌবিরম্লগ কৃষ্ণভজন তৌদুন মতম লেপ্‌খি, কার্ত্তিকী শুক্লা অষ্টমী নুমিত্ত বৃন্দাবনগী মফুংদ শ্রীনিবাস আচার্য্য অপ্রকট ওইবিখি ।

শ্রীনিবাসকী মায়িদি য়াম্‌ন শাংথরে গ্রন্থ বাহুল্য কিজবদগী মরুওইব থরদং পীজরিম অসিনি ।

———

### তরাশুবা মারী

# শ্রীজয়দেব কবি

---

বীরভূম জেলাগী মনুংচনব অজয় তুরেল মপান্দ তাব কেন্দুবিল্ব কৌব খুন্নংদ শ্রীভোজদেবগী ওইরবতগী বামাদেবীগী গর্ভদ শ্রীজয়দেব পোকখি। মাহা অহিংবিদৈদগী হৌন সর্বত্যাগি মহাপুরুষকী লক্ষণ অপূম মশাদ লৈরম্মী; খররিতং ভজ্বব বিদ্যা অপুম্বা লোয়ন হৈখি। জয়দেব মাহা ওইনা বৈরাগ্য ওইখি, লৈকম থাদোক্রুন তীর্থ অপূন্ন কোক্তব চংলি, পুরীদ লৈহুন জগন্নাথ দর্শন তৌহুন মতম কুইন লৈরম্মী। অহুদগী ভারত-বর্ষগী মনুংদ লৈরিব তীর্থ খুদিংমক কোয়বন মাগী মথৌ ওইরম্মী অকংব থম চাব কংত্রণ ব্রত তৌব; অহিং মুংখিল শ্রীকৃষ্ণ ভজন তৌহুন মতম লেনখি। কেন্দুবিল্ব খোংনাং মথোঙদ মাগী লৈকম ওইরম্মী, অজয় স্নান লাকপ যাত্রীশিংন চানব পোং থম থম পীরম্ব অহুন মাগী চানব ওইখি। মহাক্কী থবক হায়বদু কৃষ্ণনাম ভজন শোনব অমুগ উনাদ শ্রীরাধাগোবিন্দগী মিং হুরগ তুরেল্দ তাওথহনব অসিন মাগী অথোইব থবক্নি। মতমপুম্বদ ইবুঙো ইবেম্ম অনিগী মধুর প্রেমগী লীলা অসিবু অমুক্তাং মপুং ফান ইজব ওব অসিতদি পীনবিবু হায়ন মতম খুদিঙ্গ-ইবুঙো

ইবেম্বগী মকমদ নিজে। ভক্ত বৎসল ভগবান মনাইগী নিঙম্বব থুংনবগী শক্তি অপুম্ব মাঙোন্দ হাপ্লিরম্মী।

দক্ষিণ ভারত্ত শৈব ব্রাহ্মণ অমন মচা পোক্তবদগী চহি থুদিঙগী মাগী ব্রাহ্মণীগ লোয়নন লাইফম থুদিঙদ মচা নিব চৎলমই অহবু মচা অম ফাওব মমিত্ত উব ফজখিদে। মমৈদ স্নান যাত্রা মুমিত্ত পুরীদ চৎতুন জগবন্ধু দর্শন তৌজরম্মী, সমদ্র স্নান তৌজরগ মন্দিরগী মতাইদ কমহুন ভগবন্ধুগী মকমদ বাশকুন হায়জখি নিপা ওয়রগ নঙগী সেবা তৌজগে, মুপী ওইরগন দেবদাসী ওইন মন্দিরদ শৈহনগে হায়ন মমিত্ত মপি তান ঐকান্তিক ভক্তিদ মন্দির মতাইদ ফী অম থারগ কপ্তুন লেজ্ঞখি। ইমুঙোন খোজানবিহুন হমনি শুমকপগী অহিংদ ব্রাহ্মণ অমহুং ব্রাহ্মণীগী মমঙদ মন্দিরয়োমদগী লংলব মঙাল অম থোকরুগ নথোইন নিঙব থুংজবো হায়ন আশির্ব্বাদ পীবরম্মী। নোংম হেক ভানবগ ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী অনিমক সমদ্র স্নান তৌজরুরগ ইবুঙোগী মাঙদ নাম কীর্ত্তন তৌব হৌজখি, নোংম চুপ্প নাম কীর্ত্তন তৌজরমলগ ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী অনিমক মপুক্নিং য়াম্ন হরাওন মযুমদ হজ্ঞখি।

ইবুঙোগী কপান ব্রাহ্মণী গর্ভাবতী ওইখি, মুমিৎ শিংমুম ওরক্লহুন মচানুপী অম পোকচখি। মুপীমচা অহুগী মামথোংহু বর্ষাকুগুর নিঙখিজে হায়হুন মমিং পদ্মাবতী হায়ন থোনখি। মুপীমচা অহু উরুব মী থুদিঙমক্ত মপুক্ত থজখি, সর্গগী লাইরেম্বীন

মর্ত্তর কুমলকুন মীগী মপোক ওইনা পোক্লরিবনি হায়না খল্লবি। পদ্মাবতী মথং মথং চাংলক্লুনা যৌবনগী মতম য়ৌরকখ, কনানসু মাবু তখিরুব তৌদনা জগোই শাব, মসিগী শকপ নিংথিনা হৈখি, মাগী মতৌ অদু উবদ মপানা জগোই মসৈ তম্বিন্বা ওখি। অম খরদুনা নিংথিনা তম্বিখি।

মচাগী সুন্দাইব কুম্মৈ অমদ ব্রাহ্মণ ওরকখিদুনা ভগবানগী মকমদ বাশক্লরকপ অপূর্ব পূমকাও কাওখিরম্মী। মোংম ব্রাহ্মণ ভিক্ষারী অম লাক্লুনা ভিক্ষা নিরম্মী, মপানা পদ্মাবতীবু ভিক্ষা হাপ্পব হায়খিরম্মী, পদ্মাবতী ভিক্ষাগী পোং পুখোক্লুনা মপান্দ থোরকপ উবদ সন্যাসি অদুনা সুপীমচা অসি কনানো হংখি। ব্রাহ্মণ খুমজে ঐনা পোকচব ইচানি, ব্রাহ্মণ সন্যাসি অদুনা মসি সুপীমচা অসিগী মওং মতৌ অসিদি ঈশ্বরনা মাগী করিগুম্বা থবক অম পাংথোক্লবগীদমক থারকপ ওইগনি, মহাক্কী মপাদ দেবী শক্তিগী লক্ষণ অপুম্ব অমত বাত্তে। বাসি তাবদ ব্রাহ্মণ অসিনা মহাক পোক্লকপগী, জগন্নাথগ বাশক্লরকপ বারি অপুম্বা তমখি। ভিক্ষারী ব্রাহ্মণ অদুনা হায়খি থুনমক বাশক অদু পাংথোকথে নত্রবদি খুদোংথীবা লাকনি হায়রমলপ ভিক্ষারী অদু চংখ্রে।

অমুক নিংথিনা নিংশিংবীরব কাওবদ ব্রাহ্মণ অদুনা খৌ-ওইদনা অদুম্বা লৈথোকখি; ব্রাহ্মণগী থৌওইদবব মতৌ অদুদ

জগবন্ধুন খঙহল্লগে হায়রদুন নোংম করিস্থু ইতৌ তৌদন জগোই শাবদগী হায়দুন তাখিবদগী লেঙ-ওৎপ ওথদন জ্ঞান থাওদুন লৈখি। মাইব মর়াম কৌদুন য়েংহনবদ করি অমত জ্ঞান তাহনব ওয়খিদে; মথেদ বৈদ্য অম লাকুন হিদাক তৌরম্মী অদুদস্তু কব ওম্লমদে, মমেদ বৈদ্য অদুন হায়রকই' ঐগী হিদাক অসিদি ধনন্তরীন পীব হিদাক্কি শিক্ষ ওইদব লৈতবনি অদুবু মচানুপী অসিদদি করি অমত তৌব ওথত্রে মসি করিগুব দৈব্য শক্তি অদন তৌব মাল্লি করি করি লৈবগে? বাহু তাবদ ব্রাহ্মণ অদুন হায়জখি, জগন্নাথক বাশক্কুরগ পোক্লকপ ইচানি, বৈদ্য অদুন হায়রকই অদু ওইরবদি য়াম্ম থুম জগন্নাথকী মফমদ হায়জো নত্রবদি অফব পৌক্লোই; ব্রাহ্মণ অদুন জগন্নাথকী মফমদ হায়রজে ননাই ঐহাক লাঙ্গরে য়াম্ম থুম বাশক অদু পাঙথোকচরগে কৃপা তৌবিয়ু, অঙকপনি থুদক অদুদ পদ্মাবতী ভুম্মুবদগী থিংকপ থোক্লকপগুম্ম হৌগৎলকখি।

নোংঙালগ ব্রাহ্মণ অদুন মচানুপীবু পুরগ জগবন্ধুগী মফমদ সমর্পন তৌজখি। পদ্মাবতীন জগবন্ধুগী সেবা তৌদুন লৈজখি ব্রাহ্মণ অদুন হথিং হমনি মরিনিরোম মচানুপীগী কুম্মে য়েংদুন লৈখি, নোংম মমতদ জগবন্ধুন তাকপিখি, নঙ্গন বাশক তাকপগি মাম্ম মুডাইয়ে, পদ্মাবতীবু পুরগ অজয় তুরেল মপান্দ লৈব হুয়রেবগী মফমদ দান তৌক মহাক্কুন মাগী মপুরোইবনি থীনব য়াদে হায়ন তাকপিখি। ব্রাহ্মন ইবুঙোগী য়াথং মতুংইন

পদ্মাবতীবু পুৱগ জয়দেববু খিরক্লে, য়াম্ন ৱান খিৱব ফাওবদ জয়দেববু খিব ফংব্রে ; ব্রাহ্মণ খনখি ওস্থোকপনি ইবুঙো নঙগী লীলা অসি হায়ন খুল খুল খুদিং চঙহুন হংবদ কনা অমত্তন জয়দেববু খঙখিদে। ব্রাহ্মণ অহুন হন্নুৰ ব্রাহ্মণ অমগী মমুখদ পদ্মাবতীবু শিন্নহুন থনম্লগ অঙ্গয় ভুরেল খোঙবালপোমদ লাকখি, থেংনব কনাগুম্বন হায়খি জয়দেব হায়বহু অঙাওবনি মহাক্কী মমম লৈতে, মমা মপা লৈতে, উথোংদ মাগী মমুমনি হায়ব তাবদ ব্রাহ্মন ভুরেল মপানলোমদ লাকপদ উথোংদ জয়দেব ধ্যান তৌহুন লৈরম্ব থেংনখি। ব্রাহ্মন অহুন চঙশিল্লগ নঙবু জয়দেব হায়ব অহুরা ? জয়দেবন মঙক নোম্মি, নঙগী নমুখ লৈত্রা ? জয়দেবন খুমখি ঐগী ইমুম হায়ববু বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড আসনি, জয়দেবন হায়খি মহাক লাক্কনি হায়রমই অহুগীদমক ঐন মহাকপু ঙায়রিবনি, মসিন ঐগী থবক্নি ; ব্রাহ্মন অহুন হংখি কনানো নঙন ঙাইরিববো ? খঙদে কনানো মহাক লাক্লগ খঙগনি। ব্রাহ্মণ অহুন খনখি, মসিগ চিন্দা পাওত্তানরুবা কান্নদে খল্লহুন মুৱ থুংফম তান্ন চংখি, ব্রাহ্মন অহুন চংন চংন খনখি, মমুম মকৈন্থু লৈতব অঙাওব অসিগী মকমদ করম্ন ইচানুপীবু থনম্লগ চংকনি। অসি খল্ল খল্লহুন মুমথুংফমদ লাক্লগ মচানুপীগী মকমদ তমখি। বাহু তাবদ মচানুপীন খুমখি, মানি মহাক অহু ঐগী ইপুৱোইবনি মাগী মনাক্ত ঐবু য়াম্ন থুন খিনবীরো হায়খি।

অসোমদন কম্দোরি অহিং অমগী মমংদ শ্রীরাধাশ্যাম লাক্লগ জয়দেব ঐন মগুবু অজয় তুরেল মমুংদ কদম্ব থক্তি ঘাটত ডাইহুন লৈরকপনি য়ায় কুইরবনি, হয়েং নোংহেক ডানবা ঐবু তুরেলগী খর লৌখংলো হায়ন তাকপিরম্মী। নোংডানবগ জয়দেব অজয় তুরেল্দ চোংখহুন মথুংন মাহুন মাহুন থিরকাথ, খর থিরব মতুংদ মথুংত করিগুম্ব অম লেংনহুন মফম অদুদ ইরুপহুন খুঙংলকপদ শ্রীরাধাশ্যাম যুগল মূর্ত্তি ওয়রম্মে। মূর্ত্তি অদুবু কংফালদ পুখংলগ কদম মখোঙদ সেবা তৌব হৌজথি। অজয় তুরেলগী রাধাশ্যাম মূর্ত্তি ফাওগংলক্লে হায়ব পাও হ্নসি খুলগী মকম মকম খুদিঙদ বা বা লাওন শন্দোরকখি, মী খুদিঙমক্ল অঙকপ থোদোক অদুবু য়েংবগীদমক লাক্লখি, অচৌ অশাং ধর্ম্ম লৈব ইনাকখুনব মী য়ায় লাক্লখি, মখোই ময়াম খুদক্ত মন্দির বাহ্নেলোগং, মী লৈকম, মী থুংফম য়ায় থুন শাগংখি কনা কনাগুম্বন চানবগী হবাই, চেঙ, ঘী, থাও, য়ামনচিংব পুরক্-তুন কংলথি। মমাঙদ অজয় তুরেল খোঙবাল ডিল, কাঙ্ হায়রৌনচিংবগী শাম্নকম ওইরম্ব ঙাঁসিদি ইথুঙ্ খঙ্হেদন মীন পিকথম লৈব অচৌব সহর অম ওইখি।

ব্রাহ্মণ অদুন মচাম্নুপী পদ্মাবতীবু পুহন লাকপ মতমদদি পুমঙক লকখি, ঙরাং তৌবম্ব মতৌ, ঙসিন ম্নম কৈ, মীয়াম অদু উক্লরগ ভগবানবু হয় হয় থুরুমজখি; ভম্বোকপনি ইবুঙো মুঙগী লীলা কনানা খঙব ঙমগনি। ব্রাহ্মণ মচাম্নুপী পদ্মাবতীবু

জয়দেবগী মফমদ দান তৌজখি। জয়দেবগী ভক্তি আচরণ অহু উরুরগ মপুক্লিং য়াম্ন মুন্ডাইন ব্রাহ্মণ মমুগলোমদ হনখি।

পদ্মাবতীন রাধাশ্যামগী সেবা নিঙথিন তৌদুন লৈখি, অমুদগী জযদেব গীত গোবিন্দ ইব হৌখি। গীতগোবিন্দ স্বর্গ তরানিথোইনি মথং মথং অমুম ইরকপ স্বর্গ খুদিংমকী, পদ খুদিংমক জয়দেবন পারগ পদ্মাবতীন শঙ্খ পান্দুন নিঙথিনা লকখি। মতৌ অমুম ইরকপদ স্বর্গ তরাগুরকপ "মুগ্ধমাধব" কৌব স্বর্গ য়ৌরকপদ চন্দ্রাবলী কুঞ্জদ অহিং লেম্লুরগ ইবুঙোন হল্লকপ মতমদ ইবেম্মগী মান-না কনমনখিবদগী করম তৌরগ নেমথগদগে খল্লুরগ ইরকপদ "স্মরগরল খণ্ডনং" মমশিরশি মণ্ডনং" পদ অসি ইরব মতুংদ মথা তান ইব ঙমখিদে মমিত্তুগী তারকপ পিতন গীত গোবিন্দ ইরিবহু পুমচোং চোংখিবম্বা, কম তম্ন হোংনহনম্ন জয়দেব মথাগী পদ অহু তাব ঙমখিদে, জয়দেবন খঙখি জগৎ পুম্বন মাগী মথোঙমু সেবা তৌনরিব ইবুঙোন করম্ন ইবেম্মগী চরণদা চুড়া, বাঁশী থমহুন খুরুমগদগে খল্লুবদ জয়দেব মথাগী পদ অহু ইথব ঙমখিদে।

পদ্মান হায়রকই হৌজিক য়াম্‌ন থেঙথরে, মুমিং য়ুংব মতুং পুং অনি তাথরে স্নান তৌবিকরো, চাব থকপ লোইরগ ঙাইহাক পোথারগ লোইশিনবিরো, পদ্মাগী বা তারগ জয়দেবন খনখি চুম্মিনা পদ্মাম্ন হৌজিক ফাওব চাদন লৈরি, করে অহুদি পদ্মা ঐ স্নান তৌরুখিগে চাব থকপ পোয়রগ কোম্ন ইরসি,

লাইরিক অসি অমুক্ত থমজিল্লো হায়নু পদ্মাদ লাইরিক শিন্ন-রম্নগ জয়দেব মান তৌৰ চংশ্রে।

অসোমদ ভক্ত বৎসল্য ভগবান মনাইগী বারিবহ্ উবিহ্ন জয়দেব শাহ্ন লাক্লে, পদ্মা চানব পুথোরক্লো, পদ্মাবতীন হান্নন চানব থোরাং তৌহ্ন থনম্লে, ঐ চাক হান্ন চাখিগে চাব তৌক্লগ লোয়দব পদ অহ্ লোইশিল্লগে হায়ন চাক চাকমদ চণ্ডহ্ন চাক চাথরে। চাক চাব তৌক্লহ্ন পদ্মা, পদ্মা লাইরিক অহ্ অমুক্ত পুথোরকখো; মহ্ ইব লোইরগ কোম পোথারগে, পদ্মাবতীন লাইরিক অহ্ পুথোক্লগ পীরে, ইবুঙোন লোয়দব পদ অহ্ লোইশিনবিরে "স্মরগরল খণ্ডনং" মমশিরশি মণ্ডনং" দেহী পদ পল্লব মুদারম" "জয় রাধে" পদ্মা পদ্মা লাইরিক অসি অমুক থমজিল্লো, ঐহাক ঙাইহাক্কং পোথারগে হায়ন পদ্মাদ লাইরিক অহ্ শিমবিরগ পোথাকম কাদ চণ্ডহ্ন পোথাখরে। পদ্মাবতীন মপুরোইবগী অধরামৃত অহ্ চাব হৌখ, থুদক অহ্মক্তদ জয়দেব "হরেকৃষ্ণ" "হরেকৃষ্ণ" হায়ন নাম শোল্ল-শোল্লহ্ন চঙলকপ উবদ পদ্মাবতী ইওক ওক্ল হৌজিক্ক স্নানদগী কারক্লুন চাব থকপ লোইরগ পোথাকম কাদ চণ্ডহ্ন পোথাহ্ন লৈশ্রব অহ্ন কদোমদগী অমুক থোরকৃশগ লাকুলিবা হায়ন য়াম্ন চিংনরহ্ন পোথাবম কারোমদ চণ্ডহ্ন য়েংলুবদ জয়-দেবদি লৈরমত্রে। জয়দেবন থনখি করিগীদমক পদ্মান ঐন চাদ্রি-হৈদ হান্নন চাহ্ন লৈরমলিব অসিন কনিগীনো হায়ন য়াম্ন চিংনন

গুরু লৈখিদ্রে, পদ্মাবতীন পোথাকম খাদ চগুলুবদ পোথাকম বা অহুদি ইবুঙোগী অম গন্ধ, চন্দন, থুম্বাল মরম্ব পিকথরু লৈরম্ব থেংনরুবদ পদ্মাবতী অঙাংবৌশুনন কারোমদগী চেম্পোরকন, লগ জয়দেবগী চরন্দ কোল্লহুনা কল্লরে, ইবুঙো নহাক্তি এম্বোক্ত ধন্যনি, ধন্যনি নঙগী সেবা তৌজরিবা ননাইসু ধন্যনি।

জয়দেব ইঙক গুরু হংখি— কম্বি তৌরবগে ?

পদ্মাবতী গীত গোবিন্দ পুথোরকুন মবুঙোবু য়েংহল্লে, থাঙ্গেপংন ইবুঙোগী শ্রীহস্তন মনাইন ইব ওয়রোইদব পদ অমু "দেহি পদ পল্লব মুদারম জয় রাধে" হায়ন ইশিনবিরম্ব উজ্জরে, পদ্মাবতীন খোকপ্রিব থৌদোক পূমনমক নিঙথিন তমজরে ; থাহৈশিং অহু তাবদ জয়দেব মশাদ সাত্বিক বিকার ফাওরকুন প্রেমনা ঙাওরহুন গীত গোবিন্দ কোজরগ ইবুঙোন ননাইগী অরাব উবিহুন মনাইন ইব ওয়রোইদব পদ অহু ইশিনবিরম্লিব অহুগীদমক্ত খল্লুবদ লৈখাক্ত থাম্বহন তাথি। মুমিং অহুদগী হৌন ভক্তগী প্রেমনা চিংশিন্দুন ভগবান মশামক্ত মর্ত্তধামদ কুমলকুন মনাই অচানবগী অরাবরু কোকপীখিব, মহুগী চাওরব থুদম "গীত গোবিন্দ" ভগবানগী মখুংমক্ত ইশিনবিরম-লবনি ; মরম অহুদগী "শ্রীগীত গোবিন্দ" কাব্য পুমনমক্তগী মকোক ওইখিবনি।

গীতগোবিন্দ স্বর্গ পুম্নমক গুন ইব লোয়রহুন শ্রীরাধাশ্যামগী চরন্দ কংচরে। নোংঙাল্লগ উৎসব য়ামন চাওম তৌহুন ইবুঙোগী

মাওন গীত গোবিন্দ নিঙথিন শকচপি, পদ্মাবতীন গীত গোবিন্দ শক্লগ জগোই শায় জয়দেবন পুং যৈথি সুমিং অহুনগী হৌহন অজয় ভুরেন মপাল কদম্ব খণ্ডি ঘাটত স্বর্গগী অমরাপুরগুমগ্রে।

চহি খুদিঙগী ওইন জয়দেব পৌষ সংক্রান্তি সুমিত্ত গঙ্গা-স্নান তৌব চংলমই, মরাইমক থীবন চহি অহুমদি নাবন স্নান চংপ ঙমগ্রে হায়ন কমুংদ গঙ্গামাতাবু কৌজরগ, হাঃ ইমা ইবেম্ম পণ্ডিত পাবনী মনাইদি নাবগী মরম হবেংগী স্নান অসি চংপ ঙম্মোইদৌরে হায়ন ফমুংদ গঙ্গামাতাবু কৌজরগ ওনখোইন কপ্পুন অহিংহুম লেঙখি। ইমা ইবেম্ম পণ্ডিত পাবনিনা মনাইগী অরাব অহুদ মনাইগী নিঙব থুংহনখিগে হায়ন নোংপোক ওম চেল্লম্বী গঙ্গা ঙসিদি নোংচুপ ওম চেনখিরকুন অজয় ভুরেন্দ ত্যারকুন অজয় ভুরেল খোঙবান থম লৈখিখি। মী পুমমক দৃশ্য অহুদ পুমঙক ঙক্লখি। জয়দেব মুঙাইমনপ্রহন কদম্ব খণ্ডি ঘাটতা চোংথরগ "জয় মা পণ্ডিত পাবনি মর্ত্ত সুরধনী" হায়ন গঙ্গামাতাবু প্রণাম তৌজরগ কায়দন গঙ্গাস্নান তৌজখি।

মতম অহুদ গৌড়সিংহাসন্দ লক্ষ্মণ সেননা পাল্লমই, মপাগী মগুণ ঙাক্লবগীদমক মহাক্ন বাঙ্গলাদেশক সাহিত্য, সঙ্গীত, নাট্য অমসুং খুংশাইহেবগী থবক য়াম চাওখংনব হোৎনরম্মী। সঙ্গীতকীদমক অতোপ অতোপ্প লৈখাক্লগী কবি ময়াম কৌরগ কবি সম্মেলন অম শেমখি। কবি উমাপতি থম, গোবর্দ্ধন আচার্য্য, কবি শরণসিং, কবি ধোয়ী অসিন অখোইবনি।

নোংম সঙ্গীতরস উৎসব অম লক্ষ্মণসেন সভাদ পাংথোক্লম্মী নট্টু পাঙ্গোগী মথৌ মুপী বিদ্যুৎপ্রভা অমস্থং কবি বুঢ়ন মিশ্র অনিন ঋশৈ শকখি। অহানবদ বিদ্যুৎপ্রভান "সুহই" রাগ আলাপ তৌরম্মী; কোন্থংগী অকোয়বদ ঋশিং শোক্নব গুহা য়াম্ন লৈরম্মী বিদ্যুৎপ্রভাগী ঋশৈ হৌরকপ অতমদ ঋশিং শোক্নবগী মুপী অমনা মচা পম্নগ লাক্লমই মাগী ঋশৈ তাবদ গুমহৎখিহুন ওন-থৈনব বাখল তৌখিহুন সনাবুলগী মহুত্ত মচাগী মতক থৌবি থুবগ গুহাদ থাদম্মী মমৈম জ্ঞান তারক-হুন অভাং অহুবু চিংথংখি। মাগী মতুংদ বুঢ়ণমিশ্রন শকখি "পটমঞ্জরী" রাগ আলাপ তৌহুন শকখি, ঋশৈগী সুম্নন কোন্থং মম্নাদ হৌম্নিব উ পুমনমক্কী মনা থুদক্ত লোয়ন কেনখি। সভা অহুন জয় পত্র অসি অনি অনিন ফংকম থোকই হায়ন বা বা লাওনখি।

মতম অহুমক্তদ পদ্মাবতী স্নান তৌগদবগী লম্বী অহুদ চংলম্মী প্যাও অহু তাবদ রাজসভাদ চণ্ডশিল্লগ মিংথৌ অমস্থং সভাবু থুক্নমজরগ হংজখি? মহারাজ! মহারাজন পীবিগদৌরিব জয়পত্র অসিবু খ্বায়দগী হেনব ঋশৈ শকপ, ঋশৈ শকপিম পীবি-গদৌরিব নত্রা? বাঙ্গলা দেশত মথোইদগী হেনব ঋশৈ শকপ ঋশৈ শকপি য়াম্ন লৈম্নি। রাহু তাবদ লক্ষ্মণসেননা হেং দেবী কল্যাণী! কনা কনানো, অমুক্ত তাকপিম্ন। পদ্মাবতী থুমখি— বাঙলাদেশতগী জয়পত্র লৌবিগে হায়রবদি ঐহাক অমস্থং ঐগী

ইপুরোইববু মায়থাব পাঁরমলগ লৌবিখিব য়াগনি। মাহু তাবদ মহারাজন পদ্মাবতীবু ঈশৈ শরুব হায়খি। পদ্মাবতীন "গন্ধার" রাগ হৌরগ ঈশৈ শকখি, মাগী ঈশৈগী সুরদ চিংশিল্লকুন গন্ধাগী অতোপ্পা তোর্বান্দ থাংহুন লৈরিব হি, পুম্নমক মথন্তন সোথগী তোর্বান্দ লোয়ন য়াম্‌না থুন চেনশিনলকখি লক্ষ্মণসেনন হায়খি পদ্মাবতীগী সুরন হেল্লি, ময়ম্বদি মথাই পান্দব পোৎপু মথন্তন চৎহনব শুম্বগী শক্তি লৈ ময়ম অহুন জয়পত্র অসি পদ্মাবতীন ফংফব থোক্লে। নিংথৌগী মা তাবদ বুঢ়ন থিজ্রন হায়খি, অুপীগ লোয়নন তাম্নবসিদি পামজদে।

খুদক অহুদ নিংথৌন জয়দেববু মী থাবগ কৌহল্লুরে। জয়দেব লাকুহুন ময়ম পুম্নমক খঙলহুন হায়রকই বসন্ত মন্তম লাক্লবদি উনা অপুম্ব মথক্ত কেঞ্জবনি, বুঢ়ননা অমুক হায়রকই বসন্ত মন্তমগী কেনক উনান নোংমে নোংমগী অস্থুম কেনখিবা লোইখিবনি ঐগী ঈশৈগী সুরন কৈনবদি খুদক্ত লোয়ন কেনবদি জয়দেবন হায়রকই অহুদি কেনথ্রিব উ অপুম্ব হাংগুম্ন অনৌব উনা পানহনবিয়ু। বুঢ়ন্ন খুমখি মহুদি সৃষ্টিগী মঙুংদ ওই থোক্তবনি কনানসু মহু ওয়কম থোক্তে। মাহু অবদ জয়দেব বিনা পায়থৎতুন "বসন্তরাগ" আলাপ তৌব হৌখি, খুদক অহুমক্তদ উ অপুম্ব অনৌব য়েনিং হুনগৎলকপগ লোয়ন লোয়ননা মনা মথং মথং পাল্লকুহুন ঈশৈ লোইব মতম উপাম্বাশিং অহু মনান পুনথন থনখি। বুঢ়নমিশ্র মায়খিরহু

মমায় লুকথহন ভুমিয় কমহৌ লৈখি। লক্ষ্মণসেন মুঙাইমনগ্রহন সিংহাসনগী কুমথরগ নওঙ্গ কবি অম লৈরম্ব অসি ঐখোয়গী লৈবাক বাঙ্গলাদেশকী লেখকনবগী মশক্তি, মরম অদুন ওসিগী সভা অসিন ওসিদগী নওগী নমিং "সঙ্গীত সম্রাট" হায়রব মিংখোল অমিগ লোয়নম জয়পত্র অসি নওোন্দ পীয়বনি হায়রন জয়দেবগী মওক্তু জয়পত্র অদু হকপিখি।

মপুং কায়রব গীত গোবিন্দ অম নীলাচলদ জগবন্ধুগী চরন্দা কংচখি জগবন্ধুন মহু থম্মোইদ কোমশিল্লগ থমখি। ক্ষেত্রদ নোংমগী মুখিত্ত মাপীগী মচানুপীন শক পাল্লগ গীতগোবিন্দ শক শক্ক ইংখোল কোইরম্মী, গীতগোবিন্দ শকপ তাবদ জগবন্ধুন সিংহাসনদগী কুমথরগ গীত গোবিন্দ শাক্রব অদোমদ চেনশিনখিরম্মী, অদুদ জগবন্ধুগী থকি মখোল ভিংথংন পন্দুন মায় থীন শেগায়রম্মী, অদুগ মকম মরাং থওদন মতুং ইন্নবদগী চরন্দসু ভিংথং মায় য়ুরম্মী। মহারাজন অয়ুক্কী দর্শন চঙলকপদ ইবুঙোগী ফী য়ামন থীন শেগাদ্ববহু উক্করগ সেবা তৌরিব পূজারীশিংবু য়াম্‌ন থীন চৈথিখি, করিগীদমক ইবুঙোগী ফীবু অদুক থীন শেগাহল্লিবসি করিগীনো? অদুগী অতগী মতম জগবন্ধুন নিংখৌগী মফমদ তাকপিখি মৃখোয়গী মরাল নত্তে, ওরাং মালীগী মচানুপীন ইংখোল কোইন কোইন গীত গোবিন্দ য়াম্‌ন মুংশিন শকখি, অহু তারুবদ মকম মরাং থওদন তাওহুন চেখোরকপদ ভিংথংন পন্দুন ফী শেগায়বনি অদুগ খোঙদসু

তিংখং য়াম্না হুয়ে নোংভালগ পূজারীশিংবু খোংদগী তিংখংশিং অসি থম শজোকহল্লু।

নোং হেক ডানবগ পূজারীশিংগী মকমদ হায়খ্রুন ইবুঙোগী চরণদ য়ুম্বিব তিংখংশিং শজোকখি অহুগ অনৌব খি অমসু হোংখি মহারাজন অয়ুক্কী দর্শণ তৌব মতমদ ইবুঙোগী. ডয়াং খোকখিব খোদোকশিং অহু নিংশিংল্লুরগ মহারাজ প্রেমন খাওবা য়াম্রহুন চরণ মনাক ওনখোইন কপ্পুন লৈখি। মমিং অহুদগী হৌহুন সন্ধ্যা খুদিঙগী জগবন্ধুগী মমাঙদ ভজন গীত গোবিন্দ শকহনখি। অহুগ হকুম অমসু লাওখোকখি, কনাগুম্বা অমতন মফম অমসুং মতম চাদন গীতগোবিন্দ শকপ য়ারোই করিগুম্বা শরুম্ব খোরুবদি অকনব দণ্ড কংগনি।

ঐখোয়গী মনিপুর অসিদসু কাং মমুংদ "চয়দেব" জয়দেবগী দশ অবতার গীত গোবিন্দ শক্লরিব আসনি।

পদ্মাবতী অন্তর্দ্ধান ওইখিরম্মী, জয়দেব অহল মতম ওই-শিন্নরে বৃন্দাবন চৎনবগী বাখল লাকখি, করম্ব ইবুঙো ইবেম্ম রাধাঙ্গাবগী সেবা থাদোকুন চৎকদগে অসিগী বাখল্ল দিবানিশি থন্নুনত লেনখি। ইবুঙোন মনাই ভক্তগী নিঙজরিব থুংহনবিগে খল্লহন নোংম জয়দেবগী মনাকোংদ হায়খি, ঐদি অসুক্কী মতিক চাওখোক্কে ভম্মি অহুগ পিকশিনবসু ভম্মি নওন থগুদহুন তৌবনি।

নওগী নামবুলি মথুংদ হাপচিল্লগ ঐবু বৃন্দাবনদ পুরগ চংলু হায়ন তাকপিখি।

জয়দেবন ইবুঙোগী মাথং মতুংইন রাধাশ্যামবু মাগী নাম বুলি মথুংদ কেওশিল্লগ বৃন্দাবন তাম চংখি। বৃন্দাবনদ থুংলগ কেশীঘাট্ ময়াগী উখোং অমদ ইবুঙোবু বিশ্রাম তৌহন্দুনা লৈখি। মতম অতুদ জয়দেব অস্তিম মতম লাক্লে, মতম অদুদ জয়পুরগী নিংথৌ মানসিংহ লাকুনা জয়দেবগী চরন্দ খুরুমজখি। জয়দেবন শ্রীরাধাশ্যামবু মানসিংহগী মখুত্ত শিন্নবিরমলগ অপ্রকট ওইখ্রে। জয়দেব কবিন কদম্বখণ্ডি ঘাটতগী ফণ্ডখিব শ্রীরাধাশ্যাম যুগল মুর্ত্তি হৌজিক জয়পুরদ সেবা তৌহনা লৈরি।

শ্রীজয়দেব গোস্বামীগী বারীদি মাম শাংথরে, গ্রন্থবাহুল্য কিজবন মরুওইব খরদং পীজরিবসিনি।

সম্পূর্ণ

## পরিশিষ্টাংশ

### বাসুদেব সার্ব্বভৌমকী

### শচীসুতাষ্টক

উজ্জ্বল বরণ গৌরবর দেহং ।
বিলসতী নিরবধি ভাব বিদেহং ।
ত্রিভুবন পাবন কৃপয়া লেশং !
তং প্রনমামিচ শ্রীশচীতনয়ং ॥
গদ গদ অন্তরং ভাব বিকারং ।
দুর্জ্জন তর্জ্জন গর্জ্জন বিনাশং ॥
ভব ভয় ভঞ্জন করণং কারুনাং ।
তংপ্রনমামিচ 'শ্রীশচীতনয়ং ॥
অরুনাম্বরং ধরং সুচারুং কপোলং ।
ইন্দু বিনিন্দিত নখধর রুচিতং ॥
জল্পিত নিজগুণ নাম বিনোদং ।
তং প্রনমামিচ শ্রীশচীতনয়ং ॥
বিগলিত নয়ন কমল জলধারং ।
ভূষণ নবরস ভাব বিকারং ॥
গতি অতি মন্থর নৃত্য বিলাশং ।
তংপ্রনমামিচ শ্রীশচীতনয়ং ॥

চঞ্চল চারু চরণ গতি রুচিরং।
মঞ্জীর রঞ্জিত পদযুগ মধুরং॥
চন্দ্র বিনিন্দিত শীতল বদনং।
তংপ্রনমামিচ শ্রীশচীতনয়ং॥
ধৃত কটি ডোর কমণ্ডলু দণ্ডং।
দিব্য কলেবর মণ্ডিত মুণ্ডং॥
দুর্জ্জন কল্মষ খণ্ডনং দণ্ডং॥
তংপ্রনমামিচ শ্রীশচী তনয়ং॥
ভূষণ ভূরজ অলকা বলিতং।
কম্পিত বিম্বাধরং বর রুচিরং॥
মলয়জ বিরচিত উজ্জ্বল তিলকং।
তং প্রণমামিচ শ্রীশচীতনয়ং
নিন্দিত অরুণ কমলদল নয়নং
আজানুলম্বিত শ্রীভুজ যুগলং॥
কলেবর কৈশোর নর্ত্তক বেশং।
তংপ্রণমামিচ শ্রীশচীতনয়ং॥





## লেখকী লাইরিকশিং

১। শ্রীতুলসী মহাত্ম্য ... .... .... লুপা ১০·০৬

২। শ্রীশ্রীবৃন্দাবন মহাত্ম্য ... .... ... লুপা ১৫·০০

৩। শ্রীশ্রীগৌরগুণামৃত .... .... .... লুপা ১৫·০০

## মথং কোন্নদৌরিব লাইরিকশিং

১। তাইবং পুঁনসবোল অহানব ( থুন কোঙজরনি )

২। শ্রীশ্রীরাধাকুণ্ড মহাত্ম্য ( শ্রীভুরিলাল চিরঞ্জিলাল )

৩। শ্রীশ্রীবৈরাগ্য নির্ণয় ( শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয় )

৪। শ্রীশ্রীপ্রেমতরঙ্গিনী ( শ্রীদ্বীজ জনার্দ্দন )